# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা ( খণ্ড মরিশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস-কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তোবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনয়োল য়াওবা।

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা ( খণ্ড মরিশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত


শীতলজিৎ সিংহনা

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল য়াওবা।



অহানবা সংস্করণ

ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন্ প্রেসদা শ্রীকোইজম ইবোবী সিংহনা মখা
অমসুং শীতলজিৎ-না কোন্থবা।

ফংফম— (১) ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন প্রেস, ইম্ফাল।
(২) শীতলজিৎ সিংহ, কৈশামথোং,
তোপ লৈরক, ইম্ফাল।
(৩) পাইওনিয়র্ ট্রেডিং কোং,
বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড, ইম্ফাল।

ইং কুমজা ১৯৯৫, জুন




মমল লুপা ১০.০০

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলোলা

## তরেৎশুবা পরিচ্ছেদ

### মূল ১

ধন্যং তং নৌমি চৈতন্যং বাসুদেবং দয়ার্দ্রধীঃ ।

নষ্টকুষ্ঠং রূপপুষ্টং ভক্তিতুষ্টং চকার যঃ ॥ ১ ॥

**শব্দার্থ**

ধন্যম্—জগৎকী মীওইবগী অরাবা-কোকপী-হৈবা ; তম্—মহাকপু ; নৌমি—ঐনা খুরুমজে . চৈতন্যং—শ্রীচৈতন্যদেববু ; বাসুদেবং—বাসুদেব কৌবা ব্রাহ্মণব ; দয়ার্দ্রধীঃ—নুংশিবিবা (ওইদুনা) ; নষ্টকুষ্ঠং—কুষ্ঠী থুংলম্বদু ফহল্লবা ; রূপপুষ্টং—শকফজবা ; ভক্তিতুষ্টং—ভক্তিদা পেন-হৈবা ; চকার—ওইহনখি ; যঃ—মহাক্না ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বাসুদেব কৌবা ব্রাহ্মণবু নুংশিবিদুনা কুষ্ঠী থুংলম্বদু কোকহনবীবা, অদুগা মশক ফজহনবিবা অদুগা ভক্তিদা পেনবা ওমহনবিখিবা, জগৎ-জননী অরাবব কোকহনবীবা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুবু ঐনা খুরুমজে ।

### মূল ২

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ ।

জয় অদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ ॥ ২ ॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী জয়, শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী জয়, শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রগী জয়, শ্রীগৌরভক্ত পুম্নমক্কী জয় ।

### মূল ৩

এইমত সার্ব্বভৌমের নিস্তার করিল ।

দক্ষিণগমনে প্রভুর ইচ্ছা উপজিল ॥ ৩ ॥

শব্দার্থ

এইমত—অসুম্বা অসুম্বা ; সার্ব্বভৌমের নিস্তার—সার্ব্বভৌমবু লান্‌বিবা ; করিল—তৌখি ; দক্ষিণগমনে—খা ভারতলোমদা লেঙবগীদমক ; প্রভুর—প্রভুগী ; ইচ্ছা—নীঙবা ; উপজিল—পোক্‌খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না সার্ব্বভৌমবু লান্‌বিখি অমসুং প্রভুনা খা-ভারত-লোমদা লেঙগে নীঙখি।

মূল ৪

মাঘ শুক্লপক্ষে প্রভু করিল সন্ন্যাস।

ফাল্গুনে আসিয়া কৈল নীলাচলে বাস॥ ৪॥

শব্দার্থ

মাঘ-শুক্লপক্ষে—রাকচৌঙগী পানখৎলকপা থাখায়দা ; প্রভু—প্রভুনা ; করিল সন্ন্যাস—সন্ন্যাস লৌখি ; ফাল্গুনে—ফাইরেল-লমদাদা ; আসিয়া—লেঙলকুনা ; কৈল—তৌখি ; নীলাচলে—নীলাচল-দা ; বাস—লৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাঘগী পানখৎলকপা থাখায়দা প্রভুনা সন্ন্যাস লৌখিবনী। ফাল্গুন থাদা নীলাচলদা লেঙলকুনা লৈখি।

মূল ৫

ফাল্গুনের শেষে দোলযাত্রা সে দেখিল।

প্রেমাবেশে তাঁহা বহু নৃত্য গীত কৈল॥ ৫॥

শব্দার্থ

ফাল্গুনের শেষে—ফাল্গুন থাগী লোইরকপদা ; দোলযাত্রা—য়াওশঙ কুম্মৈ ; সে—মহাক ; দেখিল—য়েংখি ; প্রেমাবেশে—প্রেমাবেশদা ; তাঁহা—মফমতুদা ; বহু—য়াম্না ; নৃত্য—জগোই ; গীত—ঈশৈ ; কৈল—তৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ফাল্গুন থাগী লোইরকপদা মহাক (প্রভু) দোলযাত্রা উৎসব য়েংখি। প্রেমাবেশ-দা মফমতুদা প্রভু জগোই শাদুনা ঈশৈ য়াম্না শক্‌খি।

### মূল ৬

চৈত্রে রহি কৈল সার্ব্বভৌমবিমোচন।
বৈশাখপ্রথমে দক্ষিণ যাইতে হৈল মন ॥ ৬ ॥

### শব্দার্থ

চৈত্রে—লমদাদা ; রহি—লৈরগা ; কৈল—তৌখি ; সার্ব্বভৌম-বিমোচন—সার্ব্বভৌমবু লান্‌বিবা ; বৈশাখপ্রথমে—কালেন্‌থাগী হৌরক-পদা ; দক্ষিণ—দক্ষিণ ভারত লোমদা ; যাইতে—লেঙ্ঙগে হায়না ; হৈল মন—থন্‌খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চৈত্রদা নীলাচলদা লৈরগা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যবু লান্‌বিখি। বৈশাখ থা হৌরকপদা দক্ষিণ-লোমদা লেঙ্ঙগে হায়না থন্‌খি।

### মূল ৭

নিজ-গণ আনি কহে বিনয় করিয়া।
আলিঙ্গন করি সভারে শ্রীহস্তে ধরিয়া ॥ ৭ ॥

### শব্দার্থ

নিজ-গণ—লোয়নরকপা শ্রীনিত্যানন্দনচিংববু ; আনি—কৌশন্দুনা কহে—হায়রম্মী ; বিনয় করিয়া—নেল্লুরা ; আলিঙ্গন—কোন্‌বা ; করি—তৌদুনা ; সভারে—পুম্নমকপু ; শ্রীহস্তে—প্রভুগী খুৎনা ; ধরিয়া—পায়দুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা লোয়নিন্‌শিংবু কৌশল্লগা অদুগা ময়াম পুম্নমকপু কোল্ল কোল্লদুনা শ্রীহস্তমরা পায়রগা নেল্লা রা হায়রম্মী।

### মূল ৮

তোমাসভা জানি আমি প্রাণাধিক করি।
প্রাণ ছাড়া যায় তোমাসভা ছাড়িতে না পারি ॥ ৮ ॥

### শব্দার্থ

তোমাসভা—নখোয় পুম্নবু ; জানি—খঙঙী ; আমি—ঐনা ; প্রাণা-ধিক—থরাইদগী হেন্‌বনী ; করি—হায়না ; প্রাণ—থরাই ; ছাড়া—থাদোকপা ; যায়—য়াই ; তোমাসভা—নখোয়পুম্নবুদি ; ছাড়িতে—থাদোকপা ; না পারি—ঙমদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নখোয় পুম্ববু ঐনা থন্নাইদনী হেন্নী হায়না খঙঙী। ঐগী থন্নাই থাবা য়াই, অদুগা নখোয় পুম্ববুদি থাদোকপা ঙমদে।

## মূল ৯

তুমি সব বন্ধু মোর—বন্ধুকৃত্য কৈলে।
ইহাঁ আনি মোরে জগন্নাথ দেখাইলে॥ ৯॥

### শব্দার্থ

তুমি সব—নখোয় পুম্নমক ; বন্ধু—মরূপশী ; মোর—ঐগী ; বন্ধুকৃত্য—মরূপ অমনা তৌফম থোকপা থবক ; কৈলে—তৌরে ; ইহাঁ—মফমসিদা ; আনি—পুরক্তুনা ; মোরে—ঐবু ; জগন্নাথ দেখাইলে—জগন্নাথ উহনবিরে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নখোয় পুম্নমক ঐগী মরূপশী ; নখোয়স্থু মরূপকীদমক মরূপ অমনা তৌফম থোকপা থবক তৌবিরে। (থনক্তুদি অসিনী)—নখোয়না মফমসিদা ঐবু পুবিরক্তুনা শ্রীজগন্নাথদেবগী দর্শন তৌহনবিরে।

## মূল ১০

এবে সভা স্থানে মুঞি মাগোঁ এক দানে।
সভে মিলি আজ্ঞা দেহ—যাইব দক্ষিণে॥ ১০॥

### শব্দার্থ

এবে—হৌজিক্তি ; সভা স্থানে—পুম্নমক্কী মফমদা ; মুঞি—ঐ ; মাগোঁ—নিজগে ; এক দানে—দান অমা ; সভে—পুম্নমক্না ; মিলি—তিন্নরগা ; আজ্ঞা—য়াথং ; দেহ—পীয়ু ; যাইব—চৎলুগে ; দক্ষিণে—দক্ষিণ ভারতলোমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হৌজিক স্থানে পুম্নমক্কী মফমদা ঐহাক দান অমা নিজগে, মসিগী পুম্নমক তিন্নরগা য়াথং পীয়ো—ঐ দক্ষিণ-দা চৎলুগে।

## মূল ১১

বিশ্বরূপ-উদ্দেশে আমি অবশ্য যাইব।

একাকী যাইব, কাহো সঙ্গে না লইব ॥ ১১ ॥

## শব্দার্থ

বিশ্বরূপ— প্রভুগী ময়াম্বুং ; উদ্দেশে—থিবা ; আমি—ঐ ; অবশ্য—লেপ্পমক ; যাইব—চৎকনী ; একাকী—ইথন্তমক ; যাইব—চৎকনী ; কাহো—কনামতবুসু ; সঙ্গে—লোয়ননা ; না লব—পুরোই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা হায়রম্মী)—বিশ্বরূপ থিবা ঐ শোয়দনমক চৎকনী। ইথন্তমক চৎকনী, কনামতসু লোয়ননা পুরোই।

## মূল ১২

সেতুবন্ধ হৈতে আমি না আসি যাবত।

নীলাচলে তুমি সব রহিবে তাবত ॥ ১২ ॥

## শব্দার্থ

সেতুবন্ধ হৈতে—সেতুবন্ধদগী ; আমি—ঐ ; না আসি যাবত—লাক্লিবা মতমদু ফাওবা, নীলাচলে—নীলাচলদা ; তুমি সব—নখোয় পুম্বা ; রহিবে—লৈরম্মু ; তাবত—মতমদু ফাওবা।

## লৈনরোল

( প্রভুনা মথা হায়রম্মী )—সেতুবন্ধদগী ঐনা হল্লক্লিবফাওবা নখোয় লোইননক নীলাচলদা লৈরম্মু।

## মূল ১৩

বিশ্বরূপের সিদ্ধিপ্রাপ্তি জানেন সকল।

দক্ষিণদেশ উদ্ধারিতে করেন এ ছল ॥ ১৩ ॥

## শব্দার্থ

বিশ্বরূপের—বিশ্বরূপকী ; সিদ্ধিপ্রাপ্তি—নোঙাখিবা ; জানেন—খঙউী ; সকল—লোইনমক্না ; দক্ষিণদেশ—খা ভারতপু ; উদ্ধারিতে—লানবিগে হায়রবীদ্রমক ; করেন—তৌরিং এ—অসি ; ছল—মাং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মী পূম্নমক্না বিশ্বরূপ নোঙ্গাখরে হায়বদু খঙভী। প্রভুনা দক্ষিণ লেঙগে হায়রিবসি লম অদুবু লানুবিগে হায়বগী তাৎনী।

## নৈনরোল

সিদ্ধিপ্রাপ্তি—শিবা, নোঙ্গাবা। সন্ন্যাসীশিংনা শিবদি সিদ্ধি-প্রাপ্তি ( সিদ্ধি ফংবা ) কৌয়ি।

### মূল ১৪

শুনিয়া সভার মনে হৈল মহাদুখ।

বজ্র যেন মাথে পড়ে— শুকাইল মুখ॥ ১৪॥

## শব্দার্থ

শুনিয়া— নাকোঙনা তারগা; সভার— ভক্ত পূম্নমকী; মনে — পূক্নীঙদা; হৈল —ওইখি; মহাদুখ— য়াম্না ৱাবা অমা; বজ্র—নোংমৈ-শীঙজঙ; যেন—গুম্মী; মাথে—কোক্তা; পড়ে—তাই; শুকাইল— তাইফেং তাইখ্রে; মুখ — মায়থোঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা দক্ষিণ-দা মথন্তমক লেঙগে হায়বদু তারগা প্রভুগী মী পূম্নমক পূক্নীঙ নুংঙাইরমদে। বজ্রনা কোকৃথক্তা তারকপ গুম্মা; মখোয়গী মায়থোঙ তাইফেং তাইখ্রে।

### মূল ১৫

নিত্যানন্দ প্রভু কহে ঐছে কৈছে হয়।

একাকী যাইবে তুমি কে ইহা সহয়॥ ১৫॥

## শব্দার্থ

নিত্যানন্দপ্রভু—শ্রীমন্ নিতাইনন্দপ্রভুনা; কহে—হায়রম্মী; ঐছে — অদুম্না; কৈছে—করম্না; হয়—ওইগনী; একাকী—নথন্তমক; যাইবে —চৎকনী; তুমি—নঙ; কে—কনানা; ইহা—অসিবু; সহয়—খাঙগনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্‌নিত্যানন্দ প্রভুনা হায়রম্মী—মদুম্না লেঙবদি করম্না ওইথোক্কনী ? নথম্ভমক নঙনা চৎকনী হায়বসিবু কনানা খাঙবা ঙমগনী ?

## নৈনরোল

কে ইহা সহয়—"প্রভু নথম্বা চৎলবদি য়াম্না রাগনী। মহু ঐখোয় কনানা খাঙগনী ?"

মূল ১৬

এক-দুই সঙ্গে চলুক না কর হঠরঙ্গে।

যারে কহ সেই দুই চলুক তোমার সঙ্গে ॥ ১৬ ॥

শব্দার্থ

এক-দুই—অমা-অনী ; সঙ্গে—লোয়ননা ; চলুক—চৎশনু ; না কর—তৌগনু ; হঠরঙ্গে—তৎ লাউবা, শিখাঙ খাঙবা ; যারে—কনা কনানো মখোয়দু ; কহ—হায়য়ু ; সেই-দুই—অনীদো ; চলুক—চৎশনু ; তোমার সঙ্গে—নঙগা লোয়ননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(নিত্যানন্দনা মখা তারম্মী)—মী অমা অনীদি তুংইল্‌হল্লু ; তৎলাউগনু। কনা কনানো অপাম্বা হায়যু, মখোয় অনীদি নঙগা লোয়ননা চৎশনু।

মূল ১৭

দক্ষিণের তীর্থ-পথ আমি সব জানি।

আমি সঙ্গে চলি প্রভু আজ্ঞা দেহ তুমি ॥ ১৭ ॥

শব্দার্থ

দক্ষিণের—খা ভারতকী ; তীর্থপথ—তীর্থশিংগী লম্বী ; আমি—ঐ ; সব—লোইনমক ; জানি—খঙঙী ; আমি—ঐ ; সঙ্গে—লোয়ননা ; চলি—চৎকে ; প্রভু—হে প্রভু ; আজ্ঞা—য়াথং ; দেহ—পীয়ু ; তুমি—নঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( নিত্যানন্দনা হায়রম্মী )—খা-ভারতকী তীর্থশিং চৎনবা লম্বী পুম্বা ঐ খঙঙী। হে প্রভু, ঐ লোয়ননা চৎকে ; মহাক য়াথং তাওবিউ।

মূল ১৮

প্রভু কহে আমি নর্ত্তক, তুমি সূত্রধার ।
যৈছে তুমি নাচাহ তৈছে নর্ত্তন আমার ॥ ১৮ ॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে- প্রভুনা হায় ; আমি—ঐনা ; নর্ত্তক—জগোই শাবনী ; তুমি—নঙনা ; সূত্রধার—হং জগোই শাবগী লং পায়বা মী : যৈছে—অতুগুম্না ; তুমি—নঙনা ; নাচাহ—জগোই শাহল্লী ; তৈছে—অতুগুম্না ; নর্ত্তন- জগোই শাবা ; আমার- ঐগী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা নিত্যানন্দদা হায়রম্মী—ঐনা জগোই শাবনী ; নঙনা জগোই-শাবা হংগী লঙ-পায়বা অতুনী । নঙনা শাহন্‌বা মওংদা ঐনা জগোই শাবনী হায়বদি নঙনা তৌ হায়বতুদা ঐনা তৌবনী ।

মূল ১৯

সন্ন্যাস করিয়া আমি চলিলাঙ্ বৃন্দাবন ।
তুমি আমা লৈয়া আইলা অদ্বৈত ভবন ॥ ১৯ ॥

শব্দার্থ

সন্ন্যাস করিয়া—লম্বোইদুনা ; আমি ঐ : চলিলাঙ্ বৃন্দাবন — বৃন্দাবন চংচবনী ; তুমি—নঙনা : আমা—ঐবু ; লৈয়া—পুদুনা : আইলা — লাক্‌খি : অদ্বৈত-ভবন—শ্রীঅদ্বৈতগী শঙ্গায়দা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লম্বোইরগা ঐ বৃন্দাবন মায়কৈ পাংজবনী : নঙনা ঐবু পুরগা (শান্তি-পুররোমদা) শ্রীঅদ্বৈতগী শঙ্গায়দা পুরতুনা লাকুখি ।

মূল ২০

নীলাচলে আসিতে ভাঙ্গিলে মোর দণ্ড ।
তোমা সবার গাঢ় স্নেহে আমার কার্য্যভঙ্গ ॥ ২০ ॥




## শব্দার্থ

নীলাচলে—নীলাচল-লোমদা ; আসিতে—লাক্পদা , ভাঙ্গিলে—থুদেক্পীখি ; মোর—ঐগী ; দণ্ড—চৈশু ; [illegible]—নখোয় পুম্বনা ; গাঢ়স্নেহে—য়াম্না নুংশিবীবনা ; আমার—ঐগী ; কার্য্যভঙ্গ—থবক কায়বা ( ওই )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নীলাচল-লোমদা লাক্পদস্ নঙনা ঐগী চৈশু থুদেক্পীখি। নখোয় পুম্নমক্না য়োনা নুংশিবীবনা ঐগীদি থবক কায়।

মূল ২১

জগদানন্দ চাহে আমা বিষয় ভুঞ্জাইতে।

যেই কহে সেই ভয়ে চাহিয়ে করিতে ॥ ২১ ॥

## শব্দার্থ

জগদানন্দ চাহে—জগদানন্দনা পাম্মী : আমা—ঐহাকপু ; বিষয়—লম্থুম ; ভুঞ্জাইতে—ভোগ তৌহন্বা ( বিষয় ভুঞ্জাইতে—হাউনা চাহন্বা ফজনা শেৎহন্বা ) : যেই—মহু : কহে—হায় ; সেই—অদুমক ; ভয়ে—কিবদগী : চাহিয়ে—পাম্মী ; করিতে—তৌবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জগদানন্দনা ঐবু হাউম্না চাহন্বা ফজনা শেৎহন্বা পাম্মী। মরমদুনা মানা হায়বদুমক মানা শাউগনী হায়না কিবদগী ঐনা তৌয়ি।

মূল ২২

কভু যদি ইঁহার বাক্য করিয়ে অন্যথা।

ক্রোধে তিনদিন আমায় নাহি কহে কথা ॥ ২২ ।

## শব্দার্থ

কভু—করিগুম্বা মতমদা ; যদি—বদি ; ইঁহার—মহাকী ; বাক্য—ৱাহ ; করিয়ে—তৌয়ি ; অন্যথা—ওন্নতৈননা ; ক্রোধে—শাউদুনা ; তিনদিন—নুমীৎহুম্নী ; আমায়—ঐঙোন্দা ; নাহি কহে—ঙাঙদে ; কথা—ৱা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা মখা তারম্মী)—করিগুম্বা মতমদা মাগী রাহু ভাক্তবদি মহাক শাউহ্নবা নুমীৎ হুন্নী চুপ্পা ঐঙোন্দা রা ভাঙদে।

## মূল ২৩

মুকুন্দ হয়েন দুঃখী দেখি সন্ন্যাসধর্ম্ম।
তিনবার শীতে স্নান ভূমিতে শয়ন॥ ২৩॥

## শব্দার্থ

মুকুন্দ—মুকুন্দ দত্তনা; হয়েন—ওই; দুঃখী—থরাই-রাবা; দেখি—উরগা: সন্ন্যাসধর্ম্ম—সন্ন্যাস-শাজৎ; তিনবার—অহুম্মক; শীতে—অয়িঙবদা; স্নান—ইরুজবা; ভূমিতে—লৈপাক্তা; শয়ন—হিপ্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা মথা তারম্মী)—ঐনা অহুম্মক ইরুজবা অদুগা লৈপাক্তা তুম্বা হায়বা সন্ন্যাস-শাজৎ চংপা উরগা মুকুন্দগী থরাই রায়।

## মূল ২৪

অন্তরে দুঃখী মুকুন্দ নাহি কহে মুখে।
ইঁহার দুঃখ দেখি আমার দ্বিগুণ হয়ে দুঃখে॥ ২৪॥

## শব্দার্থ

অন্তরে—থম্মোইদা: দুঃখী—রাবা (ওই); মুকুন্দ—মুকুন্দ; নাহি কহে—রা ভাঙদে; মুখে—চীন্দা; ইঁহার—মহাকী: দুঃখ—অরাবহু; দেখি—উরগা; আমার—ঐগী; দ্বিগুণ—শরূক অনী; হয়ে—ওইয়ে; দুঃখে—রাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা হায়)—মুকুন্দনা থম্মোইনুংদদা রাই, মচীন্দা করিমত্ত ভাঙথোক্তে। মাগী অরাবহু উরগা ঐনা শরূক অনী হেন্না নুংঙাইতে।

## মূল ২৫

আমি-ত সন্ন্যাসী, দামোদর ব্রহ্মচারী।
সদা রহে আমার উপর শিক্ষাদণ্ড ধরি॥ ২৫॥

### শব্দার্থ

আমিত—ঐদি ; সন্ন্যাসী—লম্বোইবনী ; দামোদর—স্বরূপ দামোদর ; ব্রহ্মচারী—ব্রহ্মচারীনী ; সদা—মতম পূম্বদা ; রহে—লৈ ; আমার উপর —ইথক্তা ; শিক্ষাদণ্ড—রারাক-চৈ ; ধরি—পায়তুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা মখা তারম্মী ) –ঐদি সন্ন্যাসীনী, দামোদরনা ব্রহ্মচারীনী । মহাক্না মতম পূম্বদা ঐবু রারাক্কদৌবগী রারাক-চৈ পায়তুনা লৈ ।

### নৈনরোল

সন্ন্যাস ধর্ম্ম ভাক্লনবা প্রভুগী মথক্তা দামোদরনা য়েংশনবগী রাসী অন্ত্যালীলাগী অহুমশুবা পরিচ্ছেদদা য়েংবিয়ু ।

মূল ২৬

ইঁহার অগ্রেতে আমি না জানি ব্যবহার ।
ইঁহারে না ভায় স্বতন্ত্র চরিত্র আমার ॥ ২৬ ॥

### শব্দার্থ

ইঁহার—মহাক্কী ; অগ্রেতে—মাঙদা ; আমি—ঐ ; না জানি—খঙদে ; ব্যবহার—চৎকদবা শাজৎ ; ইঁহারে—মঙোন্দা ; না ভায়—নুংঙাইতে ; স্বতন্ত্র ইনীঙ তম্বা ; চরিত্র—লমচৎ ; আমার—ঐগী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা মখা তারম্মী)—মহাক্কিগী (দামোদরগী) মমাঙদা করম হায়না চৎকদগে হায়বদু ঐহাক খঙদে । ঐগী ইনীঙ-তম্বা লমচৎতো মহাক্কী নুংঙাইতবা অমনী ।

মূল ২৭

লোকাপেক্ষা—নাহি ইঁহার কৃষ্ণকৃপা হৈতে ।
আমি লোকাপেক্ষা কভু না পারি ছাড়িতে ॥ ২৭ ॥

### শব্দার্থ

লোকাপেক্ষা—মীনা করি হায়গদগে হায়বা ; নাহি—লৈতে ; ইঁহার

—মহাকী ; কৃষ্ণকৃপা হৈতে—কৃষ্ণকৃপাদগী ; আমি – ঐদি ; লোকাপেক্ষা —মীনা করি হায়গদগে হায়বহু ; ক্রভু – কদৌঙৈদস্নু ; না পারি—ঙমদে ; ছাড়িতে—থাদোকপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা হায়রম্মী)—মহাক কৃষ্ণকৃপা ফংবনীনা মীনা করি হায়গদগে হায়বনচিংবগী রাখল ভৌরমদে। অদুগা ঐদি শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা ফংদ্রিবনীনা মীনা করি হায়নী হায়বা রাখলদো থাদোক্পা ঙমদে।

মূল ২৮

অতএব তুমি সব রহ নীলাচলে।
দিন কথো আমি তীর্থ ভ্রমিব একলে ॥ ২৮ ॥

শব্দার্থ

অতএব– মরমদুনা ; তুমি সব– নখোয় পুম্বা : রহ—লৈয়ু ; নীলাচলে – নীলাচলদা ; দিন কথো—কুমীং খরদি ; আমি – ঐ ; তীর্থ ভ্রমিব—তীর্থ কোয়রগে ; একলে –ইথন্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা হায়রম্মী) – মরমদুনা নখোয় পুম্বা নীলাচলদা লৈরম্মু। কুমীং খরনীদং ঐহাক ইথন্তা তীর্থ কোয়কখিগে।

মূল ২৯

ইঁহাসভার বশ প্রভু হয়ে যে যে গুণে।
দোষারোপচ্ছলে করে গুণ আস্বাদনে ॥ ২৯ ॥

শব্দার্থ

ইঁহা সভার নখোয় পুম্বসিগী ; বশ—মথা পোন্বা ; প্রভু হয়ে—প্রভুনা ওইয়ে ; যে যে গুণ—গুণ অদু অদুনা ; দোষ আরোপচ্ছলে—দোষ পীশন্নদুনা ; করে—তৌরি ; গুণ—মগুণ ; আস্বাদনে – মহাও তংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাগী মাগী মগুণ মতুং ইন্না প্রভুনা মখোয় ময়ামসিগী মথা পোল্লী। দোষ পীশন্নবগী তাংগতা প্রভুনা মখোয়গী মগুণশিংদুগী মহাও তংঙী।

## মূল ৩০-৩১

চৈতন্যের ভক্তবাৎসল্য অকথ্য-কথন।
আপনে বৈরাগ্য-দুঃখ করেন সহন ॥ ৩০ ॥
সেই দুঃখ দেখি যেই ভক্ত দুঃখ পায়।
সেই দুঃখ তাঁর শক্ত্যে সহন না যায় ॥ ৩১ ॥

### শব্দার্থ

চৈতন্যের—শ্রীচৈতন্যগী ; ভক্তবাৎসল্য—ভক্তবু নুংশিবা ; অকথ্য-কথন—হায়দোকপদা থোক্তবা ৱানী : আপনে—মছামক্কা ; বৈরাগ্য-দুঃখ—লম্বোইবগী নিয়ম ঙাক্পদা ৱাবদু ; করেন—তৌয়ি ; সহন—খাঙবা ; সেই দুঃখ—অরাবদু উবগা ; যেই ভক্ত—কনাগুম্বা ভক্তনা ; দুঃখ পায়—ৱায় ; সেই দুঃখ—অরাবদু ; তাঁর—মহাক্কী (প্রভুগী) ; শক্ত্যে—শক্তিনা ; সহন—খাঙবা ; না যায়—ঙমদে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য প্রভুনা ভক্তবু নুংশিবগী (ভক্তবাৎসল্যগী) ৱাদি হায়দোকপা থোক্তবা ৱানী। মছামক্কা লম্বোইবগী নিয়ম (হায়বদি সংসারগী অপাম্বা থাদোক্পা বৈরাগ্যগী শাজং) ঙাক্পদা থোরক্পা অৱাবা খিবিক্তো অদুম খাঙদোক্নি। মাগী অৱাবসি উবগা কনাগুম্বা ভক্তনা ৱাবদু প্রভুনা মাগী মহাক্কী অৱাবা খাঙবা ঙম্বা শক্তিদুনা খাঙদোকপা ঙমদে।

## মূল ৩২

গুণে দোষোদ্গার-ছলে সভা নিষেধিয়া।
একাকী ভ্রমিবেন তীর্থ বৈরাগ্য করিয়া ॥ ৩২ ॥

### শব্দার্থ

গুণে—গুণনা ; দোষ-উদ্গার-ছলে—দোষ বর্ণন তৌশিন্নদুনা ; সভা—পুম্নমকপু ; নিষেধিয়া—থিংদুনা ; একাকী—মথন্তা ; ভ্রমিবেন—কোয়গনী ; তীর্থ—তীর্থ, লাইফম ; বৈরাগ্য করিয়া—লম্বোইগী শাজং চংদুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তশিংগী গুণ-বু দোষ-নী হায়শিন্নদুনা ঙাঙলগা পুম্নমকপু থিংদুনা মথন্তমক বৈরাগ্যধর্ম্ম ঙাক্তুনা তীর্থ কোয়গনী।

## নৈনরোল

**সভা নিষেধিয়া**— শ্রীনিত্যানন্দনচিংবা ভক্তশিংনা প্রভুগা লোয়নননা দক্ষিণ চৎনীঙবহ্ন ত্তোক্হন্দুনা। **বৈরাগ্য করিয়া**—সন্ন্যাসীগী হৌনবী চলন অহু ঙাক্তুনা। অন্তরঙ্গ ওইবা ভক্ত কনাগুম্বগা লোয়নরগদি প্রভুগী নীঙবা মতুং ইন্না সন্ন্যাসী অমগী হৌনবী নিয়ম ঙাক্পা য়ারোই হায়দুনা প্রভুনা মখোয় পুম্ববু পুরোই হায়রম্বনী।

### মূল ৩৩

তবে চারিজন বহু মিনতি করিল।

স্বতন্ত্র ঈশ্বর প্রভু কভু না মানিল ॥ ৩৩ ॥

#### শব্দার্থ

তবে—অহু ওইরবস্থ ; চারিজন—মী মরিদি ; বহু—য়াম্না ; মিনতি করিল—( প্রভুগা লোয়নগে হায়না ) হায়রম্মী ; স্বতন্ত্র ঈশ্বর—মনীঙতম্বা ঈশ্বরনী ; প্রভু—প্রভুদি ; কভু—কদৌঙৈদস্ু ; না মানিল—য়ারমদ্রে।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহু ওইরবস্থ মী মরিদি য়াম্না হায়জরম্মী। প্রভুদি মনীঙ-তম্বা ঈশ্বরনী ; অহুনা করিমত্তা য়ারমদে।

## নৈনরোল

**তবে**— প্রভুনা মী পুম্নমক অমত্তা প্রভুগা লোয়ননা পুরোই হায়রবস্থ। **চারিজন**—শ্রীনিত্যানন্দ, জগদানন্দ, দামোদর অমসুং মুকুন্দ মরিসিনী।

### মূল ৩৪

তবে নিত্যানন্দ কহে যে আজ্ঞা তোমার।

দুঃখ-সুখ হউক—সেই কর্ত্তব্য আমার ॥ ৩৪ ॥

#### শব্দার্থ

তবে—অহুদা ; নিত্যানন্দ কহে—নিত্যানন্দনা হায় ; যে আজ্ঞা—য়াথং অহু ; তোমার—নহাক্কী ; দুঃখ-সুখ হউক—অরাবা মত্রগা নুংঙাইবা ওইসনু ; সেই—মহুমক ; কর্ত্তব্য—তৌকম থোকম্নি ; আমার—ঐগীদি ( ঐখোয়গীদি )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহুদা নিত্যানন্দনা হায়রম্মী—নঙগী য়াথং তাউথরকপত্নমক ঐনা ( ঐখোয়না ) তৌফম থোকয়ি, মহু তৌবদা ৱায়স্থ ৱাদ্রস্থ।

## নৈনরোল

শ্রীনিত্যানন্দনা হায়রম্মী—"প্রভু, ঐখোয় কনামতা লোয়নরোই হায়না তাউথরিব্বা য়াথংদো ঙাক্নুনা ঐখোয় কনামতা চৎলরোই। নয়াথং ঙাক্পনা ঐখোয়গী ইথৌনী—মহুদা ৱানী ন্নুংঙাইনী হায়বগী বিচার ঐখোয়না তৌফম থোক্কে।" —তশেংবমক মসিমক্তী সেবাগী তৎ-য়েৌবা হায়বদো।

## মূল ৩৫

কিন্তু এক নিবেদন করোঁ আরবার।
বিচার করিয়া তাহা কর অঙ্গীকার॥ ৩৫॥

## শব্দার্থ

কিন্তু—অদুবু; এক—অমা; নিবেদন—হঙ্গৎপা; করোঁ—তৌগে; আরবার—অমূক হন্না; বিচার করিয়া—মুন্না খল্লগা; তাহা—মহু; কর—তৌ; অঙ্গীকার—লৌবা, য়াবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুবু ৱা অমতং অমুক্তা হঙ্গৎকে; ৱাসি মুন্না খন্থবিরগা য়াবিয়ু।

## মূল ৩৬

কৌপীন বহির্ব্বাস আর জলপাত্র।
আর কিছু সঙ্গে নাহি যাবে এইমাত্র॥ ৩৬॥

## শব্দার্থ

কৌপীন—লিঙ্গ কুপ্পবা ফি; বহির্ব্বাস—কৌপীনগী মথক্তা শেৎনবা ফি; আর—অদুগা; জলপাত্র—ঈশীঙ হাপ্ফম, খুজাই, চাইশেল; আর—অতৈ; কিছু—করিস্থ; সঙ্গে—লোয়ননা; নাহি যাবে—চৎলোই; এইমাত্র—অসিত্তনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৌপীন মে, বহির্ব্বাসনে অতুগা জলপাত্রনে অম্মিদি লোয়নগনীদনা। অসি নত্তনা অতৈদি করিমত্তা য়াওরোইদৌরিবনী।

## মূল ৩৭

তোমার দুই হস্ত বদ্ধ নামগণনে।
জল-পাত্র বহির্ব্বাস বহিবে কেমনে ॥ ৩৭ ॥

**শব্দার্থ**

তোমার—নংগী, দুই—অনী ; হস্ত—খুৎ ; বদ্ধ—পুনগনী ; নামগণনে—হরিনাম শোন্নবগী শীংথাবদা ; জলপাত্র—ঈশীং হাপ্ফম ; বহির্ব্বাস—কৌপীনগী মথক্তা শেংনবা ফি ; বহিবে—পুগনী ; কেমনে—করম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খুৎ অনীদি নাম জপ তৌবগী শীংথাবদা চংগ্রগনী। অদুনা জলপাত্রগা বহির্ব্বাসগদি করম্না পুগদৌরি ?

## মূল ৩৮

প্রেমাবেশে পথে তুমি হবে অচেতন।
জলপাত্র বস্ত্রের কেবা করিবে রক্ষণ ॥ ৩৮ ॥

**শব্দার্থ**

প্রেমাবেশে—কৃষ্ণবু নুংশিবগী মরাইনা ; পথে—লম্বীদা ; তুমি—নঙ ; হবে—ওইগনী ; অচেতন—জ্ঞান মাংবা ; জলপাত্র বস্ত্রের—জলপাত্রগা ফিগা ; কেবা—কনানা ; করিবে—তৌগনী ; রক্ষা—ঙাক্শেনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেমাবেশ ওইবা মতমদা লম্বীদা নহাক জ্ঞান মাংবা য়াই। মতমহুদা কনানা জলপাত্রগা বহির্ব্বাসগা শেন্নবিগনী ?

## মূল ৩৯

কৃষ্ণদাস-নাম এই সরল ব্রাহ্মণ।
ইঁহা সঙ্গে করি লহ ধর নিবেদন ॥ ৩৯ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণদাস-নাম—কৃষ্ণদাস কৌবা ; এ—অসী ; সরল—পূক্চেল্তিংবা ; ব্রাহ্মণ—ব্রাহ্মণ ; ইঁহা—মহাকপু ; সঙ্গে করি—লোয়ননা ; লহ—পুখো ; ধর—য়াবিয়ু ; নিবেদন—হঙ্গৎলিবসী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণদাস কৌবা পূক্চেল্-তিংবা ব্রাহ্মণ্ণী অসী । মহাকপু লোয়ননা পুখো : হঙ্গৎলিবসী য়াবিয়ু ।

## তৈন্নরোল

কবিকর্ণপূরস্মু মহাক্কী মহাকাব্যদা কৃষ্ণদাসবু দক্ষিণ কোয়বদা প্রভুগী সঙ্গী-নী হায় । মহাকসী কালাকৃষ্ণদাসনী ( ২/১০/৬২ ) । শ্রীনিত্যানন্দগী গন-দা য়াওবনী ( ১/১১/৩৬ ) । মহাক্কী ব্রজলীলাদা লবঙ্গ কৌবা সখানী ( গৌরগণোদ্দেশদীপিকা /১৩২/ ) । বর্দ্ধমান জেলাগী মনুং-চন্‌বা আকাই-হাট গ্রামদা মহাক পোক্‌খি । মহাক দ্বাদশগোপালগী মনূঙদা অমনী ।

মূল ৪০

জলপাত্র-বস্ত্র বহি তোমার সঙ্গে যাবে ।

যে তোমার ইচ্ছা কর—কিছু না বলিবে ॥ ৪০ ॥

## শব্দার্থ

জলপাত্র—ইশীংথাপ্ফম ; বস্ত্র—ফি ; বহি—পুথুনা ; তোমার সঙ্গে—নঙগা লোয়ননা ; যাবে—চৎকনী ; যে—অদু ; তোমার ইচ্ছা—নঙনা নীঙবদু ; কর—তৌ ; কিছু—করিমত্তা ; না বলিবে—হায়রোয় ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জলপাত্রগা বহির্বাসগা [illegible]গা মহাক নঙগা লোয়নদুনা চৎকনী । নঙনা তৌনীঙবা অদু অদুম তৌ ; মহাক্না করিমত্তা ৱেংপা-খোংপা তৌরোই ।

মূল ৪১

তবে তার বাক্য প্রভু করি অঙ্গীকারে ।

তাঁহা সভা লৈয়া গেলা সার্ব্বভৌমঘরে ॥ ৪১ ॥

## শব্দার্থ

তবে—অদুদগী ; তার—মহাক্কী ; বাক্যে—ৱাহদা ; প্রভু—প্রভুনা ;

করি অঙ্গীকারে— য়ারহুনা ; তাঁহাসভা— মখোয় পুম্নমকপু ; লৈয়া— পুদুনা ; গেলা— চৎখি ; সার্ব্বভৌমঘরে— সার্বভৌমগী য়ুমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী নিত্যানন্দগী রাহু প্রভুনা য়ারহুনা মখোয় লোইননকপু পুরগা প্রভু সার্ব্বভৌনগী শঙ্গাইদা লেঙখি।

মূল ৪২

নমস্করি সার্ব্বভৌম আসন নিবেদিল।

সভাকারে মিলিয়া আসনে বসাইল ॥ ৪২ ॥

শব্দার্থ

নমস্করি— খুরুম্লগা ; সার্ব্বভৌম— সার্ব্বভৌমনা ; আসন— ফিদা ; নিবেদিল— কৎলম্মী ; সভাকারে— ময়াম পূম্বগা ; মিলিয়া— উনরগা, কৌনরগা ; আসনে— ফিদাদা ; বসাইল— ফমহল্লম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুবু খুরুম্লগা সার্ব্বভৌমনা খুদা থারম্মী। মীপূম্বগা কৌনরগা ময়ামম্বু ফিদাদা ফমহল্লম্মী।

তৈন্দরোল

সভাকারে মিলিয়া প্রভুগা লোয়নরকপা মীশিংহুগী মনুঙদা কনামদা নমস্কার তৌরগা, কনামদনা কোন্নরগা মীশিং মীওইহুগী মতৌক-চাবা মওংদা কৌনরগা।

মূল ৪৩

নানা কৃষ্ণবার্ত্তা কহি কহিল তাঁহারে।

তোমার ঠাঞি আইলাঙ্ আজ্ঞা মাগিবারে ॥ ৪৩ ॥

শব্দার্থ

নানা—মখল মখাগী ; কৃষ্ণবার্ত্তা—কৃষ্ণগী য়া ; কহি— ভাউনরগা ; কহিল— হায়রম্মী ; তাঁহারে— মডোন্দা (সার্ব্বভৌমদা) ; তোমার — নঙগী ; ঠাঞি—মকমদা ; আইলাঙ্—লাক্লিবনী ; আজ্ঞা— য়াথং ; মাগিবারে— জিন্নবা হায়রহুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণ-কথা মথল-মথা ভাঙনরগা প্রভুনা সার্ব্বভৌমদা হায়রম্মী—নঙগী নফমদা ( দক্ষিণ চৎনবা ) য়াথং নিগে হায়তুনা ঐ লাক্লিবনী।

মূল ৪৪

সন্ন্যাস করি বিশ্বরূপ গিয়াছে দক্ষিণে।

অবশ্য করিব আমি তাঁর অন্বেষণে ॥ ৪৪ ॥

শব্দার্থ

সন্ন্যাস করি—সন্ন্যাস লৌতুনা ; বিশ্বরূপ—বিশ্বরূপ ; গিয়াছে—চৎখ্রে ; দক্ষিণে—খা ভারত-লোমদা ; অবশ্য—লেপ্পমক ; করিব—তৌগনী ; আমি—ঐনা ; তাঁর—মাবু ; অন্বেষণে—থিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা হায়রম্মী )—সন্ন্যাস লৌতুনা বিশ্বরূপ দক্ষিণ-দা চৎখ্রে। ঐ মহাকপু লেপ্পমক থিরগে।

মূল ৪৫

আজ্ঞা দেহ অবশ্য আমি দক্ষিণে চলিব।

তোমার আজ্ঞাতে সুখে লেউটি আসিব ॥ ৪৫ ॥

শব্দার্থ

আজ্ঞা—য়াথং ; দেহ—পীবিরো ; অবশ্য—শোয়দনমক ; আমি—ঐহাক ; দক্ষিণে—খা ভারতলোমদা ; চলিব—চৎলুগে ; তোমার—নঙগী ; আজ্ঞাতে—য়াথংনা ; সুখে—নুংঙাইনা ; লেউটি—হল্লকুনা ; আসিব—লাক্কে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা মখা নারম্মী )—য়াথং পীবিরো, লেপ্পমক ঐহাক দক্ষিণ-দা চৎলুগে। নহাক্কী য়াথংনা নুংঙাইনা হল্লক্কে।

মূল ৪৬

শুনি সার্ব্বভৌম হৈলা অত্যন্ত কাতর।

চরণে ধরিয়া কহে বিষাদ-উত্তর— ॥ ৪৬ ॥

থুগাইবীরে। কোক্তা বজ্র তারবস্থু অমদি ইচানুপা শিরবস্থু ঐহাক খাওবা ঙমগনী, অছুগা নঙগা কায়নবদি থাওবা ঙম্লোই। নীঙতম্বা ঈশ্বরনীনা নহাক চৎকনী, অছুবু নুমীৎ খরনিদি লৈখো, নখোঙ দর্শন তৌগে।

## মূল ৫০

তাঁহার বিনয়ে প্রভুর শিথিল হৈল মন।
রহিলা দিবস কথো—না কৈল গমন ॥ ৫০ ॥

## শব্দার্থ

তাঁহার—মহাক্কী ; বিনয়ে—নোনুজবছুদা ; প্রভুর—প্রভুগী ; শিথিল—নোপ্‌থরম্বা : হৈল—ওইখি : মন—পুক্লীঙ ; রহিলা—লৈখি ; দিবস-কথো—নুমীৎ খরদং ; না কৈল—তৌরমদ্রে ; গমন—চৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমনা নোনুজবছুদা প্রভুগী পুক্লীঙ নোপ্‌থরম্মী। নুমীৎ খরদং প্রভু লৈথরম্মী—লেঙলমদ্রে।

## মূল ৫১

ভট্টাচার্য্য আগ্রহ করি করে নিমন্ত্রণ।
গৃহে পাক করি প্রভুকে করায় ভোজন ॥ ৫১ ॥

## শব্দার্থ

ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য ; আগ্রহ করি—খরাই য়াওনা ; করে নিমন্ত্রণ—বাক্তোন তৌবম্মী ; গৃহে—য়ুমদা ; পাক করি—থোংছুনা ; প্রভুকে—প্রভুবু ; করায়—তৌহনখি ; ভোজন—চাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা খৌরাংনা বাক্তোন তৌখি অছুগা ময়ুমদা চাক থোংলগা প্রভুবু হাহনখি।

## মূল ৫২

তাঁহার ব্রাহ্মণী—তাঁর নাম যাঠির মাতা।
রান্ধি ভিক্ষা দেন তেঁহো, আশ্চর্য্য তাঁর কথা ॥ ৫২ ॥

### শব্দার্থ

তাঁহার—মহাক্কী ; ব্রাহ্মণী—নুপী ব্রাহ্মণী ; তাঁর—মহাক্কী ; নাম—মিং ; ষাঠীর মাতা—ষাঠীগী মমা ; রান্ধি—থোংলগা ; ভিক্ষা দেন—ভিক্ষা হাপ্পী ; তেঁহো—মহাক্কা ( ষাঠীমা-না ) ; আশ্চর্য্য—অঙকপনী ; তাঁর—মাগী ; কথা—ৱারী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমগী ব্রাহ্মণী ষাঠীমাতা কৌবীনা লুক হৌরগা প্রভুদা ভিক্ষা হাপ্খি ( লুক খুল্হন্খি )। ষাঠীমাগী ৱারীদি অঙকপনী ।

### নৈনরোল

সার্ব্বভৌমগী নুপীগী মিং ষাঠীর মাতা (ষাঠীগী মমা) কৌয়ি । ষাঠীদু মহাক্কী মচানুপীগী মিংনী, অদুনা মাবু 'ষাঠীর মাতা' কৌবনী ।

### মূল ৫৩

আগে ত কহিব তাহা করিয়া বিস্তার ।

এবে কহি প্রভুর দক্ষিণযাত্রা-সমাচার ॥ ৫৩ ॥

### শব্দার্থ

আগে ত—মতুঙদা ; কহিব—নীথরক্কে ; তাহা—মদু ( ষাঠীমাগী ৱারীদু ) ; করিয়া—তৌদুনা ; বিস্তার—শন্দোকপা ; এবে—হৌজিক্কি ; কহি—হায়গে ; প্রভুর—প্রভুগী ; দক্ষিণযাত্রা—দক্ষিণ-লেঙবগী ; সমাচার—পাউ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ষাঠীমাগী ৱাদি মতুঙদা কোন্না হায়গে । হৌজিক্কি প্রভুনা দক্ষিণ লেঙবগী পাউ তম্গে ।

### নৈনরোল

আগে তুংদা ; মধ্যলীলাগী তরামঙাশুবা পরিচ্ছেদদা য়াংবি ।

### মূল ৫৪

দিন-চারি রহি প্রভু ভট্টাচার্য্য স্থানে ।

চলিবার লাগি আজ্ঞা মাগিল আপনে ॥ ৫৪ ॥

### শব্দার্থ

দিন-চারি—সুমীৎ মরিনী ; রহি—লৈরগা ; প্রভু—প্রভুনা ; ভট্টাচার্য্য-স্থানে—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী মফমদা ; চলিবার লাগি—দক্ষিণ লেঙননবগীদমক ; আজ্ঞা—য়াথং ; মাগিল—নিখি ; আপনে—মছামক্লা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সুমীৎ মরিনী লৈরগা প্রভুনা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী মফমদা দক্ষিণ লেঙনবগীদমক য়াথং মছামক্লা নিখি।

### মূল ৫৫

প্রভুর আগ্রহে ভট্টাচার্য্য সম্মত হইলা।

প্রভু তাঁরে লঞা জগন্নাথ-মন্দিরে গেলা ॥ ৫৫ ॥

### শব্দার্থ

প্রভুর আগ্রহে—প্রভুগী খোৗরাংবা মতৌদুদা ; ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; সম্মত—য়াবা ; হইলা—ওইখি ; প্রভু—প্রভুনা ; তাঁরে—মহাকপু ; লঞা—পুদুনা ; জগন্নাথ-মন্দিরে—জগন্নাথগী মন্দিরদা ; গেলা—লেঙখি

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী খোৗরাংবদুদা ( দক্ষিণ লেঙনীংবা মতৌদুদা ) সার্ব্বভৌমনা য়ারম্লে। অদুদগী প্রভুনা মহাকপু পুদুনা শ্রীজগন্নাথগী মন্দিরদা লেঙখি।

### মূল ৫৬

দর্শন করি ঠাকুর-পাশে আজ্ঞা মাগিল।

পূজারী প্রভুরে মালাপ্রসাদ আনি দিল ॥ ৫৬ ॥

### শব্দার্থ

দর্শন করি—থুরুম্লগা ; ঠাকুর-পাশে—জগন্নাথ প্রভুগী মফমদা ; আজ্ঞা—য়াথং ; মাগিল—নিখি ; পূজারী—জগন্নাথগী পূজারীনা ; প্রভুরে—মহাপ্রভুদা ; মালাপ্রসাদ—য়াথংগী মশক ওইবা লৈপরেং-প্রসাদ ; আনি—পুরক্লগা ; দিলা—পীখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা শ্রীজগন্নাথ ঠাকুরবু খুরুম্লগা ঠাকুরগী মফমদা দক্ষিণ-চৎনবা য়াথং নিখি। পূজারীনা য়াথংগী মশক ওইবা মালা-প্রসাদ পুরক্লুনা প্রভুদা পীখি।

## মূল ৫৭

আজ্ঞামালা পাঞা হর্ষে নমস্কার করি।

আনন্দে দক্ষিণদেশে চলিলা গৌরহরি ॥ ৫৭ ॥

### শব্দার্থ

আজ্ঞামালা—য়াথং তাকপা লৈপরেং ; পাঞা—ফংলদুনা ; হর্ষে—হরাওনা ; নমস্কার—খুরুম্না ; করি তৌদুনা ; আনন্দে নুংঙাইনা ; দক্ষিণ-দেশে—দক্ষিণ-দেশদা : চলিলা—চৎখি ; গৌরহরি—গৌরহরিনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

য়াথং-তাক্পা লৈ-পরেং ফংলদুনা হরাওনা খুরুম্লগা গৌরহরিনা দক্ষিণ দেশলোমদা নুংঙাইনা লেঙখি।

## মূল ৫৮-৫৯

ভট্টাচার্য্য সঙ্গে আর যত নিজগণ।

জগন্নাথ প্রদক্ষিণ করি করিলা গমন ॥ ৫৮ ॥

সমুদ্র তীরে তীরে আলালনাথ পথে।

সার্ব্বভৌম কহিলা আচার্য্য গোপীনাথে ॥ ৫৯ ॥

### শব্দার্থ

ভট্টাচার্য্য সঙ্গে—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগা লোয়ননা ; আর—অতৈ ; যত—খিবিক : নিজগণ—মচাগী লোইনশিং ; জগন্নাথ—শ্রীজগন্নাথবু ; প্রদক্ষিণ করি—পরিক্রমা (কোয়স।) তৌরগা ; করিলা গমন—লেঙলম্মী ; সমুদ্র তীরে তীরে—সমুদ্রগী তোর্ব্বান্ তোর্ব্বান্দা ; আলালনাথ পথে —আলালনাথগী লম্বীদা ; সার্ব্বভৌম কহিলা—সার্ব্বভৌমনা হায়খি ; আচার্য্য গোপীনাথে—গোপীনাথ আচার্য্যদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য অমসুং প্রভুগা লোয়নরকপা ভক্তশিংগা লোয়নননা শ্রীজগন্নাথবু পরিক্রমা তৌরগা প্রভুনা যাত্রা তৌখি। সমুদ্রগী তোর্ব্বান তোর্ব্বান ওইনা আলালনাথগী লম্বী পাংলম্মী। মতমতুদা সার্ব্বভৌমনা গোপীনাথ আচার্য্যদা হায়রম্মী।

মূল ৬০

চারি কৌপীন বহির্ব্বাস রাখিয়াছি ঘরে।

তাহা প্রসাদান্ন লৈয়া আইস বিপ্রদ্বারে॥ ৬০॥

শব্দার্থ

চারি মরি: কৌপীন বহির্ব্বাস - কৌপীন অমসুং বহির্ব্বাস; রাখিয়াছি থম্লিবনী: ঘরে—য়ুমদা; তাহা—মতু: প্রসাদান্ন শ্রীজগন্নাথগী প্রসাদ-অন্ন; লৈয়া—পুরক্লুনা: আইস—লাকউ; বিপ্রদ্বারে— ব্রাহ্মণ অমনা পুহল্লগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৌপীনগা বহির্ব্বাসগা মরি মরিথক য়ুমদা থম্লিবনী। মতু পুরকউ অতুগা জগন্নাথগী প্রসাদ-অন্নচুবুনা ব্রাহ্মণ অমবু পায়হল্লগা পুরক্লুনা লাকউ।

মূল ৬১

তবে সার্ব্বভৌম কহে প্রভুর চরণে—

অবশ্য করিবে মোর এই নিবেদনে॥ ৬১॥

শব্দার্থ

তবে অতুদগী; সার্ব্বভৌম কহে- সার্ব্বভৌমনা হায়; প্রভুর— প্রভুগী; চরণে—খুয়াদা; অবশ্য—লেপ্পমক; করিবে—তৌবিগদবনী; মোর—ঐগী; এই—অসি; নিবেদনে—হঙ্গৎলিবসী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী সার্ব্বভৌমনা প্রভুগী চরণ-খাদা হঙ্গৎলম্মী—ঐনা হঙ্গৎলিবসী শোয়দনমক তৌবিগদবনী।

## মূল ৬২-৬৩

রায় রামানন্দ আছে গোদাবরী-তীরে।
অধিকারী হয়েন তেঁহো বিদ্যানগরে ॥ ৬২ ॥
শূদ্র বিষয়ি জ্ঞানে তাঁরে উপেক্ষা না করিবে।
আমার বচনে তাঁরে অবশ্য মিলিবে ॥ ৬৩ ॥

### শব্দার্থ

রায় রামানন্দ—রামানন্দ রায় : আছে – লৈবনী ; গোদাবরী-তীরে—গোদাবরী তোর্ব্বান্দা : অধিকারী– রাজ-প্রতিনিধি ( নিংথৌগী মহুৎ ওইবা অওম্বা ) ; হয়েন—ওইবনী ; তেঁহো—মহাক ; বিদ্যানগরে—বিদ্যা-নগরদা ; শূদ্র বিষয়ি-জ্ঞানে—শূদ্রনী অমসুং বিষয়ী-নী ( সংসারীনী, রাজ-কর্ম্মচারীনী ) হায়দুনা ; তাঁরে – মহাকপু ; উপেক্ষা থৌশাবিদবা ; না করিবে তৌবিনু ; আমার বচনে এনা হায়জবা মতুং ইন্না ; তাঁরে—মাবু ; অবশ্য – শোয়দনমক ; মিলিবে – উনবিয়ু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোদাবরী তোর্ব্বান্দা রামানন্দ লৈবনী : মহাক বিদ্যানগরদা অধিকারী ওইরিবনী। মহাকপু শূদ্রনী হায়দুনা অদুগা রাজকর্ম্মচারীনী হায়দুনা থৌশাবিদবা তৌবিনু ( হায়বদি উনবিদবা তৌবিনু )। এনা হঙ্গৎপা মতুং ইন্না মহাক্না শোয়দনমক উনবিয়ু।

## মূল ৬৪

তোমার সঙ্গের যোগ্য তেঁহো একজন।
পৃথিবীতে রসিক ভক্ত নাহি তাঁর সম ॥ ৬৪ ॥

### শব্দার্থ

তোমার – নঙগী : সঙ্গের সঙ্গ লৌবগী ; যোগ্য – মতীকচাবা ; তেঁহো—মহাক ; একজন – মী অমনা ; পৃথিবীতে—পৃথিবীদা ; রসিক ভক্ত ভক্তি-রস-খঙবা ভক্ত ; নাহি—লৈতে ; তাঁর—মাগা ; সম— মান্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্তো নঙগী সঙ্গ ওইবদা মতীক-চাবা মী অমনী। পৃথিবীদা মাগা মান্নবা ভক্তি-রস-খঙলা ভক্ত অমা লৈতে।

## মূল ৬৫

পাণ্ডিত্য আর ভক্তিরস—দুহার তেঁহো সীমা।
সম্ভাষিলে জানিবে তুমি তাঁহার মহিমা ॥ ৬৫ ॥

### শব্দার্থ

পাণ্ডিত্য--পণ্ডিত ওইবগী হৈবা, শাস্ত্র-হৈবা ; আর—অতুগা ; ভক্তি-রস—ভক্তিগী রস ; দুহার অনীগী ; তেঁহো—মহাক ; সীমা—ওমথৈনী, খমথেংবনী ; সম্ভাষিলে—ঙাঙনরগা, ৱারী শান্নরগা ; জানিবে—খঙগনী ; তুমি--নঙনা ; তাঁহার—মহাক্কী ; মহিমা মতীক-ময়াই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পাণ্ডিত্যনে ভক্তিরসনে--বিষয় অনীসিগী মহাক ওমথৈনী হায়বদি মহাক্না মায়ব অমা লৈত্রবনী। মহাক্কী মতীক (মহিমা) অদু মাগা ৱারী শান্নরগা খঙবিগনী।

## মূল ৬৬

অলৌকিক বাক্য চেষ্টা তাঁর না বুঝিয়া।
পরিহাস করিয়াছি 'বৈষ্ণব' বলিয়া ॥ ৬৬ ॥

### শব্দার্থ

অলৌকিক—মী খ্বায়গা মান্নদবা ; বাক্যচেষ্টা—ৱাঙাঙ অমসুং মতৌ ; তাঁর মহাক্কী (রায় রামানন্দগী) ; না বুঝিয়া খঙদতুনা ; পরিহাস—করেন্নবা ; করিয়াছি—তৌখিরে ; বৈষ্ণব বলিয়া—বৈষ্ণব হায়না কৌরগা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী (রায় রামানন্দগী) ময়ামগা মান্নদবা ৱাঙাঙ অমসুং মতৌ মরাংদু ঐনা খঙদত্না মহাকপু বৈষ্ণব হায়না কৌরত্না করেন্নবিরম্মী।

### পৈন্দরোল

সার্ব্বভৌমনা অদ্বৈতবাদী ওইরিঙৈদা পরমভাগবত রায়-রামানন্দগী ৱাঙাঙ তারগা অমসুং মাগী আচরণ উরগা মহাকপু বৈষ্ণব হায়না কৌরগা করেন্নবিখিবদুগীদমক প্রভুনী মফমদা মাগী মুংঙাইতবদু ফোঙদোক্লম্মী।

**পরিহাস** অসিনচিংবা—বৈষ্ণবশিংনা জীবগা ঈশ্বরগা খেন্নে হায়বা মত অসি পুতুনা ঈশ্বরগী সেবা তৌজনাঙ্গী ; মতুগী মতুং ইন্না মখোয়না ভজন য় তৌয়ি ; অদুগা অদ্বৈতবাদীশিংগী মফমদদি মসিগুম্বা ভজনদি নোকুঙাই ওইবা থৌদো অমনী। মখোয়গী মত মতুং ইন্না ঈশ্বরদি—সগুণ-ব্রহ্মদি-মায়িক ওইবা পোৎ অমনী, মহাক্কী পারমাথিক (প্রাকৃত-নত্তবা) সত্ব লৈতে ; মরমদুনা মার উপাসনা তৌবা হায়বদো করিনো ? অদুগা মাগী সেবা হায়বনা করিনো ? অদুগা নির্গুণ ব্রহ্মদি মাগী পারমাথিক সত্তা লৈবনীনা মহাক্কা জীবগম্ভ কবিমতা খেন্নবা ( ভেদ ) লৈতে ; অদুনদি কনানা কনাগী সেবা তৌগনী ? মসি পৃথমক বৈষ্ণবশিংগী শাস্ত্রবাক্য অমসুং শাজং ( চেষ্টা ) অদু অদ্বৈতবাদীশিংগী মফমদদি নোকুনীঙাই করেম্মনীঙাই পেত্তা অমা ওইনা থোক্লম্মী ; মরমদুনা সার্বভৌমনা অদ্বৈতবাদী ওই-রিঙৈদা রায়-রামানন্দবু বৈষ্ণব হায়না কৌদুনা করেম্মরম্মী।

মূল ৬৭

তোমার প্রসাদে এবে জানিল তাঁর তত্ত্ব।

সম্ভাষিলে জানিবে তাঁর যেমন মহত্ত্ব ॥ ৬৭ ॥

শব্দার্থ

তোমার নঙগী ; প্রসাদে—থৌজাল্লা ; এবে—হৌজিক ; জানিল—খঙজরে ; তাঁর মহাক্কী ( রায় রামানন্দগী ) ; তত্ত্ব—অওইবা শাক্তা , সম্ভাষিলে—ল্লারী শান্নবিরগা ; জানিবে—খঙগনী , তাঁর মহাক্কী ; যেমন—করম্বনো হান্নবদো ; মহত্ত্ব—মতীক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নহাক্কী কৃপানা ঐগাক হৌজিক মহাক করিনো হায়বা অওইবদো খঙজরে। মাগা ল্লারী শান্নবিরগা মহাক্কী মতীক অদু করম্বনো হায়বা খঙবিগনী।

মূল ৬৮

অঙ্গীকার করি প্রভু তাঁহার বচন।

তাঁরে বিদায় দিতে তাঁরে কৈল আলিঙ্গন ॥ ৬৮ ॥

## শব্দার্থ

অঙ্গীকার—য়াবিবা ; করি—তৌদুনা ; প্রভু—প্রভুনা : তাঁহার—মহাক্কী (সার্ব্বভৌমগী) ; বচন—ৱা ; তাঁরে—মাবু (সার্ব্বভৌমবু) ; বিদায় দিতে—বিদায় পীনবা হায়দুনা ; তাঁরে—মাবু (সার্ব্বভৌমবু) ; কৈল—তৌরম্মী : আলিঙ্গন—কোন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমনা হায়জবা ৱাদো য়াবিরগা মহাকপু বিদায় পীননবা হায়দুনা প্রভুনা কোন্‌বিরম্মী।

## বৈনবোল

অঙ্গীকার করি—সার্ব্বভৌমনা হায়জবা মতুং ইন্না রায় রামানন্দগা উনগনী হায়না য়ারদুনা।

### মূল ৬৯

ঘরে কৃষ্ণ ভজি মোরে করিহ আশীর্ব্বাদে।

নীলাচলে আসি যেন তোমার প্রসাদে॥ ৬৯॥

## শব্দার্থ

ঘরে—য়ুমদা ; কৃষ্ণ ভজি—কৃষ্ণ ভজন তৌরগা : ঐবু (প্রভুবু) ; করিহ আশীর্ব্বাদ—আশীর্ব্বাদ তৌবিয়ু ; নীলাচলে আসি যেন—নীলাচলদা হল্লক্‌চবা ; তোমার—নহাক্কী (সার্ব্বভৌমগী) ; প্রসাদে—কৃপানা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা হায়রম্মী)—য়ুমদা কৃষ্ণ ভজন তৌদুনা ঐবু আশীর্ব্বাদ তৌবিয়ু, মতুন্না নহাক্কী কৃপাদগী ঐনা নীলাচলদা হল্লক্‌চবা ঙম্মনবা।

### মূল ৭০

এত বলি মহাপ্রভু করিলা গমন।

মূর্চ্ছিত হইয়া তাহাঁ পড়িলা সার্ব্বভৌম॥ ৭০॥

## শব্দার্থ

এত—অসিথক : বলি—হায়রগা ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা : করিলা—তৌখি ; গমন—চৎপা ; মূর্চ্ছিত—ৱাম্থবা ; হইয়া—ওইদুনা ; তাহাঁ—মফমদুদা ; পড়িলা—তুখি ; সার্ব্বভৌমবু ভট্টাচার্য্য।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসি হায়রগা মহাপ্রভুনা লেংখি। সার্ব্বভৌমনা ৱাঙ্খদুনা মফমদুদা ভুরম্মী।

## মূল ৭১

তাঁরে উপেক্ষিয়া কৈল শীঘ্র গমন।

কে বুঝিতে পারে মহাপ্রভুর চিত্ত-মন ॥ ৭১ ॥

### শব্দার্থ

তাঁরে – মহাকপু ( সার্ব্বভৌমবু ) ; উ.পক্ষিয়া—থৌশাদদুনা ; কৈল —তৌখি ; শীঘ্র – থুনা ; গমন—চৎপা ; কে—কনানা ; বুঝিতে—খঙবা ; পারে – ঙমগনী ; মহাপ্রভুর—মহাপ্রভুগী ; চিত্তমন—মপুক্কীঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমবু থৌশাদদুনা (হায়বদি ৱাস্থরিবা মহাকপু য়েংলম্‌দবমখৈ) থুনা লেংখি। কনানা মহাপ্রভুগী পুক্কীঙবু খঙবা ঙমগনী ?

## মূল ৭২

মহানুভবের চিত্তের স্বভাব এই হয়।

পুষ্পসম কোমল—কঠিন বজ্রময় ॥ ৭২ ॥

### শব্দার্থ

মহানুভবের—মহাপুরুষগী, অচৌবা মীশিংগী ; চিত্তের পুক্কীঙগী : স্বভাব—মতৌ : এই—অসী ; হয়—ওই ; পুষ্পসম – লৈরাংগুম্না ; কোমল —থোৎলী ; কঠিন—কল্লী ; বজ্রময়—বজ্রগা মান্ননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপুরুষশিংগী পুক্কীঙগী মতৌদি অস্থুম তৌরি, মতুদি—লৈরাংগুম্না থোৎলী অদুগা বজ্রগুম্না কল্লী।

## নৈনরোল

কৃষ্ণকথা তৌবা মতমদা নক্রগা ভক্তশিংগী অৱা-অনা উলা মতমদা

প্রভুগী থম্মোইদু পেথৈ ; পেথবা মতমদা থম্মোইদো লৈরাংগুম্না থোৎপগী মতৌ উবা ফংঙী । মহাক্না য়াম্না নুংশিনা তৌবা সার্ব্বভৌমনী, অদুগুম্বা সার্ব্বভৌমনা হায়জবদগীসু দক্ষিণ-যাত্রা য়ৈথোক্লম্লিবনী ; অদুগুম্বা সার্ব্ব-ভৌমনা মহাক্না কায়নগদৌরে হায়দুনা রাম্থরম্বা মতমদা মীৎচিনকাওবা য়েংখিদে, মতাঙসিদা প্রভুগী পুক্নীঙদো বজ্রগুম্না কল্লী হায়বা তাক্লে ।

মূল ৭৩

তথাহি উত্তররামচরিতে ( ২/৭ )

বজ্রাদপি কঠোরাণি মৃদূনি কুসুমাদপি ।

লোকোত্তরাণাং চেতাংসি কোহি বিজ্ঞাতুমীশ্বরঃ ॥ ৭৩ ॥

শব্দার্থ

বজ্রাৎ—বজ্রদগী ; অপি —সু ; কঠোরাণি—কল্লী ; মৃদূনি—থোৎলী ; কুসুমাৎ—লৈরাংদগী ; অপি—সু ; লোকোত্তরাণাং—অচৌবা মীওাশিংগী ; চেতাংসি—পুক্নীঙশিং ; কঃহি—কনানবু ; বিজ্ঞাতুম্—খঙবা ; ঈশ্বরঃ—ঙম্বা ( ঙইগনা ) ?

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপুরুষশিংগী ( মীথোই-মীহেন্বা মীওাশিংগী ) পুক্নীঙদি বজ্রদগীসু হেন্না কল্লী অদুগা লৈরাংদগীসু হেন্না থোৎলী । মদুবু কনানা খঙবা ঙমগনী ?

লৈনরোল

শ্লোক অসী মমাঙগী পয়ার অনীদুগী প্রমাণনী ।

মূল ৭৪

নিত্যানন্দ প্রভু ভট্টাচার্য্যে উঠাইল ।

তাঁর লোক সঙ্গে তাঁরে ঘরে পাঠাইল ॥ ৭৪ ॥

শব্দার্থ

নিত্যানন্দ-প্রভু শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা ; ভট্টাচার্য্যে—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যবু ; উঠাইল—লৌগৎলম্মী ; তাঁর—মাগী ; লোক সঙ্গে—মীশিংগা লোয়নন্না ; তাঁরে—মহাকপু ; ঘরে—য়ুমদা ; পাঠাইল—থাখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যবু লৌখৎলম্মী। মাগী মীশিংগা লোয়ননা মাবু মরুমদা থাবিখি।

মূল ৭৫

ভক্তগণ শীঘ্র আসি লৈল প্রভুর সাথ।
বস্ত্র প্রসাদ লৈয়া তবে আইলা গোপীনাথ ॥ ৭৫ ॥

শব্দার্থ

ভক্তগণ—ভক্তশিংনা ; শীঘ্র—থুনমক ; আসি—লাক্লুনা ; লৈল—লৌখি ; প্রভুর সাথ—প্রভুগা লোয়নবা ; বস্ত্র—ফি ; প্রসাদ—জগন্নাথগী প্রসাদ ; লৈয়া—পুরক্লুনা ; তবে—অতুদগী ; আইলা—লাক্খি ; গোপী-নাথ—গোপীনাথনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তশিংনা থুনা লাক্লুনা প্রভুগী মাক্ য়োখি। অতুদগী গোপীনাথনা ফিগা প্রসাদগা পুরক্লুনা লাক্খি।

তৈনবোল

তবে—অতুদগী। শ্রীনিত্যানন্দখোয়না প্রভুগা উনরবা মতুংদা।

মূল ৭৬

সভাসঙ্গে তবে প্রভু আলালনাথ আইলা।
নমস্কার করি তাঁরে বহুস্তুতি কৈলা ॥ ৭৬ ॥

শব্দার্থ

সভাসঙ্গে—ময়াম পুম্নমক্কা লোয়ননা ; তবে—অতুদগী ; প্রভু—প্রভুনা ; আলালনাথ-আইলা—আলালনাথ য়ৌরক্খি ; নমস্কার—খুরুম্না ; করি—তৌদুনা ; তাঁরে—মহাকপু (আলালনাথবু) ; বহু—য়াম্না ; স্তুতি কৈলা—স্তুতি তৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী ময়াম পুম্নমক্কা লোয়ননা প্রভুনা আলালনাথ লেংতক্খি। আলালনাথবু খুরুমজনা স্তুতি য়াম্না তৌখি।

## মূল ৭৭

প্রেমাবেশে নৃত্যগীত কৈল কথোক্ষণ

দেখিতে আইলা তাহাঁ বৈসে যত জন ॥ ৭৭ ॥

### শব্দার্থ

প্রেমাবেশে—কৃষ্ণপ্রেমদা আবেশ ওইবনা ; নৃত্যগীত—জগোই অমসুং ঈশৈ ; কৈল—তৌরম্মী ; কথোক্ষণ—মতম খরা ; দেখিতে—য়েংবা ; আইলা—লাকৃখি ; তাহাঁ—মফমদুদা ; বৈসে যতজন—লৈরম্বা মীশিংদো।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেমাবেশদা প্রভুনা মতম খরা জগোই শাদুনা ঈশৈ শরম্মী। মফমদুদা লৈরম্বা মী খিবিক্তো প্রভুবু য়েংবা লাকৃখি।

## মূল ৭৮

চতুর্দ্দিকে লোকসব বোলে 'হরি হরি'।

প্রেমাবেশে মধ্যে নৃত্য করে গৌরহরি ॥ ৭৮ ॥

### শব্দার্থ

চতুর্দ্দিকে—মায়কৈ মরিদা ; লোকসব—মীপুম্নমক্না ; বোলে—হায় ; হরি হরি—হরি হরি ; প্রেমাবেশে—প্রেমাবেশদা ; মধ্যে—ময়ায়দা ; নৃত্য—জগোই ; করে—শাই ; গৌরহরি—গৌরহরিনা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মায়কৈ মরিদা মী পুম্নমক্না হরি হরি হায়না শোল্লম্মী। প্রেমাবেশদা প্রভু গৌরহরিনা ময়ামগী ময়ায়দা জগোই শারম্মী।

## মূল ৭৯

কাঞ্চনসদৃশ দেহ—অরুণ বসন।

পুলকাশ্রু কম্প স্বেদ তাহাতে ভূষণ ॥ ৭৯ ॥

### শব্দার্থ

কাঞ্চন—সনা অহিংবগা ; সদৃশ—মান্নবা ; দেহ—হকৃচাঙনী ; অরুণ—অঙাঙবা ; বসন—ফি ; পুলক—তুচুংবা ; অশ্রু—পিরাং ; কম্প—মীকপা ; স্বেদ—হুমাং ; তাহাতে—মদুদা ( হকচাঙদা ) ; ভূষণ—লৈতেংনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সনা অহিংবা মচুগা মান্নবা হকুচাঙনী। মতুদা লৈতেং ওইরিবনা—অঙাঙবা ফি ( বহির্ব্বাস ), ফুচুংবা, পিরাং, নীকপা, হুমাংনচিংবা সাত্ত্বিক ভাব ময়ামতুনী।

মূল ৮০

দেখিয়া লোকের মনে হৈল চমৎকার।

যত লোক আইসে—কেহো নাহি যায় ঘর ॥ ৮০ ॥

শব্দার্থ

দেখিয়া— উবগা : লোকের মনে—মীশিংগী পুক্তা : হৈল— ওইখি ; চমৎকার— ঙকপা : যত লোক— মী কয়া : আইসে— লাক্‌পদো ; কেহো —কনাস্ত ; নাহি যায়—চৎতে ; ঘর—য়ুমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুবু উবগা মীয়ামতুগী মপুক্তা ঙক্‌খি। লাক্লবা মীখিবিক্তো কনামত্তা ময়ুমদা হন্দে।

মূল ৮১

কেহো নাচে কেহো গায় শ্রীকৃষ্ণগোপাল।

প্রেমেতে ভাসিল লোক—স্ত্রী বৃদ্ধ যুবা বাল ॥ ৮১ ॥

শব্দার্থ

কেহো—কনামনা ; নাচে—জগোই শাই : কেহো—কনামনা ; গায় —ঈশৈ শকয়ি ; শ্রীকৃষ্ণগোপাল—শ্রীকৃষ্ণগোপাল হায়বা মিং ; প্রেমেতে —নুংশিবদা : ভাসিল—তাউরম্মী ; লোক—মীয়ামদো ; স্ত্রী— নুপী ; বৃদ্ধ —হনুবা ; যুবা—পাখঙ ; বাল—অঙাঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনামনা জগোই শারম্মী, কনামনা শ্রীকৃষ্ণগোপাল হায়বা মিং শোল্লগা ঈশৈ শকম্মী। নুপী, অহল, পাখঙ অমসুং অঙাঙ—লোইনমক কৃষ্ণপ্রেমদা তাউরম্মী।

## মুল ৮২

দেখি নিত্যানন্দ প্রভু কহে ভক্তগণে—।
এইরূপে নৃত্য আগে হবে গ্রামে গ্রামে ॥ ৮২ ॥

### শব্দার্থ

দেখি উরগা ; নিত্যানন্দ-প্রভু—শ্রীনিত্যানন্দপ্রভুনা ; কহে—হায়রম্মী ; ভক্তগণে—ভক্তশিংদা ; এইরূপে—মতৌ অসূম্না ; নৃত্য—জগোই ; আগে—তুংদা ; হবে—ওইগনী (শাগনী) ; গ্রামে গ্রামে—খুঙ্গং খুদিঙদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(নুপী অঙাংনচিংবা কৃষ্ণপ্রেমদা তাউহুনা জগোই শারম্ব। অমদি ঈশৈ শরুম্বহু) উরগা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা ভক্তশিংদা হায়রম্মী—তৌরিবা অসিগুম্না তুংদা খুল খুলদা জগোই-কীর্ত্তনচিংবা তৌনরগনী।

## মুল ৮৩

অতিকাল হৈল—লোক ছাড়িয়া না যায়।
তবে নিত্যানন্দ গোসাঞি সৃজিল উপায় ॥ ৮৩ ॥

### শব্দার্থ

অতিকাল—মতম হেনবা, মধ্যাহ্ন হেনবা ; হৈল—ওইরম্মী ; লোক—মীয়াম, ছাড়িয়া থাদোক্তুনা ; না যায়—চৎতে ; তবে—অহুদগী ; নিত্যানন্দগোসাঞি নিত্যানন্দপ্রভুনা ; সৃজিল—পুথোক্লম্মী ; উপায়—পাম্বৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম হেন্দোক্লে ; অহুবু মী ময়ামহুনা থাদোক্লগা চৎকে হায়দরে। মহুদা শ্রীনিত্যানন্দপ্রভুনা উপায় অমা পুথোক্খি।

## মুল ৮৪

মধ্যাহ্ন করিতে গেলা প্রভুকে লইয়া।
তাহা দেখি লোক আইসে চৌদিগে ধাইয়া ॥ ৮৪ ॥

### শব্দার্থ

মধ্যাহ্ন- মধ্যাহ্নগী মতমদা তৌগদবা স্নানতৌবনচিংবা ; করিতে—তৌবগীদমক ; গেলা—(শ্রীনিত্যানন্দনা) লেঙখি ; প্রভুকে লইয়া—প্রভুবু

পুতুনা ; তাহা—মতু ; দেখি—উতুনা ; লোক—মী ময়াম ; আইসে—লাক্লম্মী ; চৌদিগে—মায়কৈ মরিদগী ; ধাইয়া—চেন্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মধ্যাহ্নগী স্নানতৌবনচিংবা তৌননবা হায়তুনা প্রভুবু শ্রীনিত্যানন্দনা পুতুনা লেঙখি। মতু উরগা মী ময়াম মায়কৈ মরিদগী চেন্না চেন্না লাকখি।

## মূল ৮৫

মধ্যাহ্ন করিয়া আইলা দেবতা-মন্দিরে।

নিজগণ প্রবেশি কবাট দিল দ্বারে ॥ ৮৫ ॥

## শব্দার্থ

মধ্যাহ্ন কবিযা—মধ্যাহ্নগী তৌগদবা তৌরগা ; আইলা—লাকখি ; দেবতা-মন্দিরে—আলালনাথগী লাইশঙদা। নিজগণ—প্রভুগা নীলাচলদগী লোয়নরকপা মীশিংবু ; প্রবেশি—চঙহল্লগা ; কবাট দিলা—থিংজল্লম্মী ; দ্বারে—থোঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মধ্যাহ্নগী স্নান-নচিংবা লোইরগা প্রভুগা নিত্যানন্দগা আলালনাথগী মন্দিরদা লেঙঙকখি। প্রভুগা নীলাচল-দগী লোয়নরকপা মীশিংগবু চঙহল্লগা মাপাম্থোঙ থিংজল্লম্মী।

## মূল ৮৬

তবে গোপীনাথ দুই প্রভুরে ভিক্ষা করাইল।

প্রভুর শেষ-প্রসাদান্ন সভে বাঁটি খাইল ॥ ৮৬ ॥

## শব্দার্থ

তবে—অতুদগী ; গোপীনাথ—গোপীনাথনা ; দুই প্রভুরে—প্রভু অনীবু ; ভিক্ষা করাইল—প্রসাদ ফংহনখি ; প্রভুর শেষপ্রসাদান্ন—প্রভুনা প্রসাদ ফংলবা মতুঙদা লৈহৌরিবা প্রসাদ-অন্ন (চাক-য়েনথাঙ) ; সভে—মী লোইনমক্না ; বাঁটি—য়েন্নতুনা ; খাইল—চাখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

**অতুদগী গোপীনাথনা প্রভু অনীবু প্রসাদ ফংহনখি। প্রভুনা হাথগা লৈম্হৌবা প্রসাদ-অন্নতু প্রভুগী মী পুম্নমক্না য়েন্নতুনা চাখি।**

### মূল ৮৭

শুনি শুনি লোকসব আসি বহির্দ্বারে।
'হরি হরি' বলি লোক কোলাহল করে॥ ৮৭ ॥

### শব্দার্থ

শুনি শুনি—চীঙ্খাঙ য়েনা পাউ তানরহুনা ; লোকসব—মী পুন্নমক্না আসি—লাক্লগা ; বহির্দ্বারে—মাপান্গী থোঙ-দা ; 'হরি হরি' বলি—হরি হরি শোন্দুনা ; লোক—মীশিংনা ; কোলাহল করে—ইলাঙ লাঙলী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চীঙ্খাঙ য়েনা পাউ তানরহুনা মী পুন্নমক লাক্লুনা মাপান্গী থোঙদা হরি হরি শোন্দুনা ইলাঙ লাঙলম্মী।

### মূল ৮৮

তবে মহাপ্রভু দ্বার করাইল মোচন।
আনন্দে আসিয়া লোক কৈল দরশন॥ ৮৮ ॥

### শব্দার্থ

তবে—অদুদগী ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; দ্বার—থোঙ ; করাইল—তৌহনখি ; মোচন—হাংদোক্পা ; আনন্দে—নুংঙাইবনা ; আসিয়া—লাক্লুনা ; লোক—মীশিংনা ; কৈল দরশন—দর্শন তৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাপানগী হরি শোন্দুনা লাঙলম্বহু তারহুনা মহাপ্রভুনা থোঙ হাংদোক্হনখি। মীশিংহুনা হরাওরহুনা লাক্লগা প্রভুবু দর্শন তৌখি।

### মূল ৮৯

এই মত সন্ধ্যাপর্য্যন্ত লোক আইসে যায়।
বৈষ্ণব হৈল লোক—সভে নাচে গায়॥ ৮৯ ॥

### শব্দার্থ

এই মত—মতৌ অসুম্না ; সন্ধ্যাপর্য্যন্ত—য়াচঙবা ফাওবা ; লোক—

মীয়াম ; আইসে—লাক্‌য়ি ; যায়—চংলী ; বৈষ্ণব হৈল--বৈষ্ণব ওইখি ; লোক—মীশিংনা ; সভে—লোইনমক ; নাচে জগোই শাই ; গায়—ঈশৈ শক্‌য়ি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসূম্না সন্ধ্যা য়াচঙবা ফাওবা মী ময়াম লাক্‌পনা লাক্‌পা হন্‌-খিবনা হন্‌বা অদু লেপ্পা নাইরমদে । লাক্লম্বা মী পুম্নমক বৈষ্ণব ওইখিদুনা লোইনমক জগোই শানা শানা নাম শেংলম্মী ।

## নৈনরোল

বৈষ্ণব হইল—প্রভুগী কৃপানা লাক্লম্বা মী পুম্নমক বৈষ্ণব ওইখি, ভক্তিমার্গগী মহাও খঙদুনা ভক্তি ধর্ম্ম যাজন দা চঙশনখি ।

## মূল ৯০

এইরূপে সেই ঠাঁই ভক্তগণ সঙ্গে ।

সেই রাত্রি গোঙাইলা কৃষ্ণকথারঙ্গে ॥ ৯০ ॥

## শব্দার্থ

এইরূপে—মতৌ অসূম্না ; সেই মদু ; ঠাঁই—মফমদা ; ভক্তগণ সঙ্গে—ভক্তশিংগা লোয়নন৷ ; সেই মদু ; রাত্রি—অহিং ; গোঙাইলা—লেন্‌খি ; কৃষ্ণকথারঙ্গে - কৃষ্ণগী য়ারী শাবগী নুংঙাইবনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসূম্না মফমদুদা ভক্তশিংগা লোয়নন৷ কৃষ্ণকথা তৌবগী নুংঙাই-বগা লোয়নন৷ প্রভুনা অহিং অদু লেন্‌খি ।

## মূল ৯১

প্রাতঃকালে স্নান করি করিলা গমন ।

ভক্তগণে বিদায় দিলা করি আলিঙ্গন ॥ ৯১ ॥

## শব্দার্থ

প্রাতঃকালে—অয়ুক্তা ; স্নান করি—চাইথরগা ; করিলা গমন—লেঙখি ; ভক্তগণে—ভক্তশিংদা ; বিদায় দিলা—বিদায় পীখি ; করি—তৌরগা ; আলিঙ্গন—কোন্‌বা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অয়ুক ওইরবদা প্রভুনা স্নান তৌরগা দক্ষিণ লোমদা লেঙলয়ে। লেঙলমদায়দা প্রভুনা ভক্তশিংবু কোন্‌বি-কোন্‌বিরগা বিদায় তৌরম্মী (হল্লো হায়রম্মী)।

মূল ৯২

মূর্চ্ছিত হইয়া সভে ভূমিতে পড়িলা।
তাহাসভাপানে প্রভু ফিরি না চাহিলা ॥ ৯২ ॥

শব্দার্থ

মূর্চ্ছিত—রাম্থবা ; হইয়া—ওইদুনা ; সভে—ময়াম পুম্বা ; ভূমিতে—লৈপাক্তা ; পড়িলা—তুখি ; তাহাসভা-পানে—মখোয়পুম্নমক্কী মায়কৈদা ; প্রভু—প্রভুনা ; ফিরি—হন্না ; না চাহিলা—য়েংখিদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাম্থদুনা মী পুম্নমক লৈপাক্তা তুথখি। মখোয় লোইনমক্কী মায়কৈদা প্রভুনা হন্না য়েংখিদে।

মূল ৯৩

বিচ্ছেদে ব্যাকুল প্রভু চলিলা দুঃখী হৈয়া।
পাছে কৃষ্ণদাস যায় পাত্র-বস্ত্র লৈয়া ॥ ৯৩ ॥

শব্দার্থ

বিচ্ছেদে (কৃষ্ণগা) কায়নবদা ; ব্যাকুল—লাঙতক্কবা ; প্রভু—প্রভুনা ; চলিলা—লেঙঙী ; দুঃখী—সুংঙাইতবা ; হৈয়া—ওইদুনা ; পাছে—তুংদা ; কৃষ্ণদাস—কৃষ্ণদাসনা ; যায়—চৎলী ; পাত্র-বস্ত্র—খুজাইগা ফিগা (কৌপীন অমসুং বহির্ব্বাস) ; লৈয়া—পুদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কায়নবদা পুক্নীঙ লাঙতক্লদুনা প্রভুনা সুংঙাইত-সুংঙাইতনা লেঙঙী। তুংদা কৃষ্ণদাসনা জলপাত্রগা ফিগা অনী পুদুনা প্রভুগী তুং ইল্লম্মী।

মূল ৯৪

ভক্তগণ উপবাসী তাহাঁই রহিলা।
আরদিন দুঃখী হৈয়া নীলাচলে আইলা ॥ ৯৪ ॥

### শব্দার্থ

ভক্তগণ—ভক্তশিং ; উপবাসী—চরা হেল্লে ; তাহাঁই—মফমথুদা (আলালনাথদা) ; রহিলা—লৈরে ; আরদিন—মতূঙগী সুমীত্তা ; দুঃখী-হৈয়া—থরাই নুংঙাইতনা ; নীলাচলে—নীলাচলদা ; আইলা—লাক্‌খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তশিংনা চরা হেন্দুনা মফমথুদা (আলালনাথদা) লৈরে। নোংঙাল্লগা থরাই নুংঙাইতনা নীলাচল-দা মখোয় লাক্‌খি।

### লৈনথোল

**ভক্তগণ উপবাসী**—প্রভু কায়নবথুনা করিমত্তা চানীঙ থক্লীঙদতনা মখোয় লোইনমক চারমদে ( উপবাস তৌরম্মী )।

### মূল ৯৫

মত্তসিংহপ্রায় প্রভু করিলা গমন।
প্রেমাবেশে যায় করি নাম সঙ্কীর্ত্তন ॥ ৯৫ ॥

### শব্দার্থ

মত্তসিংহপ্রায়—ময়াই-কাবা নোংশাগুম্না ; প্রভু—প্রভুনা ; করিলা গমন—লেঙলম্মী ; প্রেমাবেশে—কৃষ্ণপ্রেমগী আবেশদা ; যায়—চৎলী, লেঙঙী ; করি—তৌদুনা ; নাম সঙ্কীর্ত্তন—নাম শোন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ময়াই-কাবা নোংশাগী মতৌগুম্না প্রভু লেঙলম্মী। প্রেমাবেশদা নাম-সঙ্কীর্ত্তন তৌরগা লেঙলম্মী। ( মথঙগী নামকীর্ত্তনসি শোল্লম্মী )।

### মূল ৯৬

তথাহি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবাক্যম্—

কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হে।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হে ॥
কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ রক্ষ মাম্।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ পাহি মাম্ ॥
রাম রাঘব রাম রাঘব রাম রাঘব রক্ষ মাম্।
কৃষ্ণ কেশব কৃষ্ণ কেশব কৃষ্ণ কেশব পাহি মাম্ ॥ ৯৬ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণহে—ওহে কৃষ্ণ ; রক্ষ—ঙাকশেন্‌বিয়ু ; মাম্—ঐহাকপু ; পাহি—য়োক্‌পীয়ু ; রাম—হে রাম ; রাঘব—হে রাঘব ; কেশব—হে কেশব।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে কৃষ্ণ .... ঐবু ঙাক্‌শেন্‌বিয়ু। হে কৃষ্ণ—ঐবু য়োক্‌পীয়ু (ঙাক্‌শেন্‌বিয়ু)। হে রাম। হে রাঘব! ঐবু ঙাক্‌শেন্‌বিয়ু। হে কৃষ্ণ কেশব......। ঐবু য়োক্‌পীয়ু (পালন তৌবিয়ু)।

## নৈনরোল

কৃষ্ণ—ব্রজনিংথৌ মপারি (ব্রজেন্দ্র নন্দন) পূন্নমক্কী থম্মোই-চিংশিন্‌বা শ্রীগোপীজনবল্লভ (গোপীশিংগী নুংশিজবা ইবুংঙো)। **রাম! রাঘব!**—রাম অমসুং রাঘব হায়রগা ময়াম্না খঙনবসি দশরথগী মচানুপা শ্রীরামচন্দ্রবু খঙনৈ। রঘু-শাগৈদা পোক্‌খি হায়দুনা শ্রীরামবু রাঘব হায়নসু কৌনৈ। মমাঙগী পয়ার ৯৩-৯৫দগী খঙবা ঙম্বদি, শ্রীমন্মহাপ্রভু প্রেমাবেশদা কৃষ্ণ কায়নবগা ওইখিবা শ্রীরাধাগী ভাবতুগী আবেশদা—লাঙতক্করগা থরাই রানা রানা চৎপদা **কৃষ্ণ কৃষ্ণ**-নচিংবা অদুগা **রাম রাঘব**-নচিংবা নাম ময়ামসি শোন্দুনা লেঙলম্মী। মহাভাব-স্বরূপিনী শ্রীরাধাগী চীন্দা কৃষ্ণ কায়নবদগী থোক্‌খিবা রা ময়ামদু শ্রীরাধাগী ভাব-তা আবিষ্ট ওইবা প্রভুগী চীন্দগী থোক্‌পা হায়বসি মহৌশানী—অতৈ রা থোরক্‌পদি ওক্ট-লোক্কে। কৃষ্ণ কায়নবদা ওজবনী শ্রীরাধাগী মুখদা মহাক্কী থরাইগী নুং-শিজবা ব্রজেন্দ্রনন্দনগী নাম নত্তনা দশরথনা পোক্‌পা শ্রীরামচন্দ্রগী, বৈকুণ্ঠগী মবুংঙো শ্রীনারায়ণগী নাম থোরক্‌পা হায়বদু ওইথম থোক্‌য়ি হায়না খন্‌বা ঙমদে। মসমদুনা রাধাভাবাবিষ্ট ওইবা মহাপ্রভুনা শোল্লিবা **রাম** অমদি **রাঘব** হায়বসি মতাংঙসিদা প্রভুগী লক্ষ্য নত্তে হায়না খন্‌বা য়াই। অদুগা প্রভুনা **কেশব** হায়রম্বদুসু বৈকুণ্ঠগী মবুংঙো শ্রীনারায়ণবু লক্ষ্য তৌদুনা হায়রম্বা নত্তে। রাম, রাঘব অমসুং কেশব হায়বা শব্দ অদুমসিনা গোপীজনবল্লভ (গোপীশিংগী নুংশিজবা মবুংঙো) শ্রীকৃষ্ণতুমক্‌পু লক্ষ্য তৌরিবনী। হায়রিবা শব্দ অদুমসিনা গোপীজনবল্লভ শ্রীকৃষ্ণবু খঙহন্‌বা য়াই হায়বদুগী অর্থ মখমসিদা উৎচরি। **রাম—রম্ ধাতুদগী রাম শব্দ থোরক্‌পনী। রাম ধাতু রমণে; রমণ (শান্নবা) তৌবা অহাকুপ্**

রাম কৌয়ি, মতুদি কৃষ্ণব্ রাধারমণ, গোপিকারমণ হায়নৈ ; মরমতুনা রাম-শব্দশিনা রাধারমণ নত্রগা গোপিকারমণ শ্রীকৃষ্ণবু খঙনৈ। অতুগা রাঘব—রঘ ধাতুদগী রাঘব শব্দ থোরক্পনী ; রঘ ধাতু দীপ্তিদা ( মঙাল হায়বদা ) : রাঘবকী অর্থ দীপ্তিমান্, জ্যোতিস্মান্ ( অঙান্বা ), দ্যুতিমণ্ডল (মঙানগী মতুম), মাধুর্য্য দ্যুতিমণ্ডল হায়বনী। শ্রীকৃষ্ণ কায়নবগী কংশল্লবী শ্রীরাধাগী ভাব তা আবিষ্ট ( চঙলিবা ) ওইদুনা মহাপ্রভুনা রাম রাঘব পাম্বি মাম্ হায়বা মতমদা প্রভুগী পূর্ক্নীঙদা লৈরম্বা ভাব-তি অসি ওইরম্বা য়াই, মতুদি—হে প্রাণবল্লভ রমণ নঙ ঐগী রমণ ( কান্ত - ইপু-রোইবা ) নী ; ঐগী মন, বুদ্ধি, দেহ — ঐগী ইন্দ্রিয় পুম্নমক্পু চিংদুনা পুরক্লগা নঙনা নুংঙাইহন্বিখি ; নঙনা ঐগা রহঃকেলি (অর্চাক্পদা শান্নবা) তৌদুনা ঐগী হক্চাঙ অমসুং পূর্ক্নীঙবু মতৌ য়াল্হন্বিখি। হে রাঘব ! হে মধুর-দ্যুতিমণ্ডল ! শান্নবা লোয়রবগা নঙগী দেহদা অঙকপা হাংফম খঙদবা মধুর-দ্যুতি ( পূর্ক্নীঙ হুনঙাই ওইবা মঙাল ) মপঙ থোক্খিবদো অদুনা মীৎতা চঙলগা থম্মোইলকানুং য়ৌদুনা নুংঙাইহন্খিবদো, মতুদা ঐগী হক্চাং পুম্বা নুংঙাইবগী ইপোম্না থক্ থক্ নীক্খিবগুম্ থোক্খদো ; অদুবুনে বঁধু। নঙনা য়াম্না নুংশি-হেনবা অমগুম্না ঐবু থাদোক্তুনা চৎখিবসিদা মমাঙগী নুংঙাইবতু নীঙশীঙলগা ওসিদি বৃশ্চিক নীশীঙ-নীশীঙনা চীক্পগুম্না চৈনা-থোম্না ঐবু প্রোক প্রোক চাক্হল্লে : চৈনাথোম্না লৈফম খঙদ্রদুনা ঐগী থরাইসিনা দেহ থাদোক্কে থাদোক্কে হায়না থ্রিং থ্রিং চোংলে ; মরমতুনা নখুয়াদা হঙ্গচ্ছরি, হে বঁধু, নঙনা "রক্ষ মাম্ - ঐবু রক্ষা ( ঙাক্শেন্বা ) তৌবিয়ু — নঙগী পূর্ক্নীঙ হুনা ঙাল্বা অদুনা মন-প্রাণগী রমণ ওইনা ঈমাঙদা থোরক্তুনা কায়ন-মৈচাক-চাক্লিবা ঐগী থম্মোইবু অমুক্তা ঈঙহন্বিরক্লো, ঐবু শিগদৌবদগী কণ্বিয়ু।" অতুদগী কেশব-শব্দগী অর্থ ; কেশব হায়রগা খ্বায়না নারায়ণবু হায়বনী হায়না খঙনৈ, অদুবু মফমসিদদি অতোপ্পা অর্থনী। কেশং বাতি ইতি কেশবঃ ; কেশবু ( কোক্কী শম্বু ) পুন্বিবা মহাক্তো কেশবনী। রহঃকেলি লোয়রবদা শ্রীরাধাগী শম্নাংদু ইচোই-চোইরম্বদু মদনমোহন শ্রীকৃষ্ণনা প্রেমগা লোয়নননা পুন্দুনা ( বন্ধন তৌদুনা ) শেম্জল্লগা মহাক মচাবু মতৌ য়াল্লে হায়না খনজে ; কেশব-শব্দশিনা শ্রীরাধাগী ইফা-ফাবা শম্নাংবু ( কেশ বু ) পুন্বদা (বন্ধন তৌবদা) নুংঙাইজবা শ্রীকৃষ্ণবু খঙহল্লিবনী। শ্রীমন্মহাপ্রভুনা "হে কৃষ্ণ ! হে কেশব !

পাহি মাম্" হায়রগা মতমতুদা মহাপ্রভু পুরগা ভাব অতুদি অসি ওইরগা য়াই। মতুদি—"হে ঐগী পুক্নীং-চিংশন্বা ! নিভৃত-নিকুঞ্জদা লীলাবিশেষগী মতুংদা নুংশি-নুংশিনা নহাক্না ঐগী ইফা-ফাবা শম্মাংবু ( কেশবু ) পুন্শন্-বিবদো ( বন্ধন তৌবিবদো )—হে কেশব !—মতুবু করম্না নঙনা কাউবিরি-বনো ? অতুগা ঐদি মীৎকুপ অমফাওবা মতুবু কাউবা ঙমদে, কাউবা ঙমদবনা ঙসি নঙগা কায়নবসিদা শিব-গী মৈচাক্কগী হেন্না চাক্লে। বঁধু। অমুক্তদি লাইবক-থীবীগিবি চান্বিয়ু, নঙগী নুংশি-লৈতেংনা ফজরবা মূর্তিদো ইমাঙদা থোরক্নুনা ঐবু রক্ষা তৌবিয়ু বঁধু—মমাঙৈঙদা প্রীতিরসগী ধারা হৈতুনা ঈঙহল্লগা ঐগী ইন্দ্রিয়পুঙ্গবু পালন তৌবিখিবতুম্না, কৃপা তৌবিতুনা দর্শন পীনবিরগা হৌজিকসু মতুম্না তৌবিরো বঁধু।"

## মূল ৯৭

এই শ্লোক পড়ি পথে চলে গৌরহরি।
লোক দেখি পথে কহে বোল 'হরি হরি' ॥ ৯৭ ॥

### শব্দার্থ

এই শ্লোক—( মথক্তা পল্লিবা "কৃষ্ণকৃষ্ণ"-নচিংবা ) শ্লোক অসী ; পড়ি—থীরগা ; পথে—লম্বীদা ; চলে—চৎলী ; গৌরহরি—মহাপ্রভু ; লোক - মী ; দেখি—উনরগা ; পথে—লম্বীদা ; কহে—হায় ; বোল—শোল্লো ; হরি হরি—হরি হরি হায়না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মথক্তা 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ'-নচিংবা ) শ্লোক অসী থীরগা গৌরহরিনা লম্বীদা চৎলী ! লম্বীদা মী উনরগনা মীতুদা হায়—শোল্লু 'হরি হরি'।

## মূল ৯৮

সেই লোক প্রেমে মত্ত—বোলে 'হরি কৃষ্ণ'।
প্রভুর পাছে সঙ্গে যায়—দর্শনে সতৃষ্ণ ॥ ৯৮ ;

### শব্দার্থ

সেই লোক—মী অদুনা : প্রেমে—কৃষ্ণপ্রেমদা ; মত্ত—ঙাওবা (ওই) ; বোলে—শোল্লী ; হরি কৃষ্ণ—হরি কৃষ্ণ হায়না ; প্রভুর পাছে—

প্রভুগী নাক্তা ; সঙ্গে—লোয়নননা ; যায়—চৎলী ; দর্শনে—য়েংবগীদমক ; সতৃষ্ণ—খোৱাংবা ( ওইদুনা )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা হরিকৃষ্ণ শোল্লু হায়রঙ্গা ) মী অদুনা কৃষ্ণপ্রেমদা ডাওরম্মী অদুগা 'হরি কৃষ্ণ' হায়না শোল্লম্মী। মীদুনা প্রভুগী দর্শন তৌবগীদমক খোৱাংখিবনা প্রভুগী নাক্তা লোয়ন লোয়ননা চৎলম্মী।

নৈনরোল

প্রভুনা অউ-অউবা মী খুদিংদা 'হরি হরি শোল্লো' হায়বম্মী। হরিনাম শোন্নবা তাক্পীবগা লোয়ননা প্রভুনা মহাগী অচিন্ত্য শক্তিগী মরাইনা মীদুগী পুক্নীংগী অমোৎপা কোক্হনবিরগা কৃষ্ণপ্রেম সঞ্চার তৌরম্মী (পোক্হল্লম্মী)।

মূল ৯৯

কথোদূরে বহি প্রভু তারে আলিঙ্গিয়া।

বিদায় করেন তারে শক্তি সঞ্চারিয়া॥ ॥ ৯৯ ॥

শব্দার্থ

কথোদূরে – খরা লাপা ; বহি – পুদুনা ; প্রভু তারে—প্রভুনা মহাক ; আলিঙ্গিয়া—কোন্দুনা ; বিদায় করেন—বিদায় তৌরি ; তারে – মহাক্তা ; শক্তি সঞ্চারিয়া—শক্তি হাপ্তুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(উনরম্বা মীদুবু) লম খরফাওবা পুগা প্রভুনা মীদুবু কোন্নরম্মী অদুগা মহাক্তা ( নাম অমসুং প্রেম শন্দোক্নবা ) শক্তি হাপ্লগা মাং থাদোক্লম্মী।

মূল ১০০

সেইজন নিজ গ্রামে করিয়া গমন।

'কৃষ্ণ' বোলে হাসে কান্দে নাচে অনুক্ষণ॥ ১০০ ॥

শব্দার্থ

মীদুনা (প্রভুনা শক্তি হাপ্পীখিবা মীদুনা) ; নিজগ্রামে – মরমাই খুন্দা ; করিয়া গমন—চৎলগা ; কৃষ্ণ বোলে—কৃষ্ণ শোল্লী ; হাসে—নোকৃই ; কান্দে—কপী ; নাচে—জগোই শাই ; অনুক্ষণ— মতম পুম্বা তত্তনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুদগী শক্তি ফংলবা) মীতুগী মথুন্দ, চংথ্রগা মতম পুম্বা কৃষ্ণ শোল্লী, নোকয়ি, কপ্পী, জগোই শাই।

মূল ১০১

যারে দেখে তারে কহে কহ কৃষ্ণনাম।

এইমত বৈষ্ণব কৈল সব নিজগ্রাম॥ ১০১ ॥

শব্দার্থ

যারে — কনাগুম্বর; দেখে — উরে; তারে — মহাক্তোন্দা; কহে — হায়; কহ — শোল্লো; কৃষ্ণনাম — কৃষ্ণগী মিংলোন; এইমত — মতৌ অসুম্না; বৈষ্ণব কৈল — বৈষ্ণব ওইহনখি; সব — পুম্নমক; নিজগ্রাম — মথুন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুগী কৃপা ফংলবা মীতুনা) উরু-উরুবা মীশিংদা 'কৃষ্ণনাম শোল্লো' হায়রম্মী। মতৌ অসুম তৌদুনা মহাক্না মথুন পুম্নবু বৈষ্ণব ওইহনখি।

মূল ১০২

গ্রামান্তর হৈতে দেখে আইসে যতজন।

তাঁহার দর্শন কৃপায় হয় তার সম॥ ১০২ ॥

শব্দার্থ

গ্রামান্তর — খুন অতোপ্পা; হৈতে — দগী; দেখে — লাই-নোংদগ্না; আইসে — লাক্লি; যতজন — মী কয়াদি; তাঁহার — (প্রভুনা চান্‌বিবা) মহাক্কী; দর্শন কৃপায় — দর্শন তৌদুনা অমসুং কৃপা ফংদুনা; হয় — ওই; তার সম — মাগা মান্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

করিগুম্বা লাইগী নোংদম্মা গ্রাম অতোপ্পদগী লাক্লম্বা মী কয়াদো (প্রভুনা কোল্লগা কৃপা ফংহনখিবা) মীতুবু উবদা অমসুং মাগী কৃপানা মাগা মান্নবা মীওক ওইখি।

## নৈনরোল

হয় তার সম — মাগা মান্নবা প্রেমদান তৌবা ওইখি।

মূল ১০৩

সেই যাই নিজগ্রাম বৈষ্ণব করয়।

অন্যগ্রামী আসি তাঁরে দেখি বৈষ্ণব হয়॥ ১০৩॥

শব্দার্থ

সেই —মহাক্লা : যাই—চৎলগা ; নিজগ্রাম—মখুনুবু : বৈষ্ণব করয় — বৈষ্ণব ওইহল্লী ; অন্যগ্রামী—অতৈ খুনজা ; আসি—লাকুনা ; তাঁরে - মহাকপু ; দেখি - উরগা ; বৈষ্ণব হয়—বৈষ্ণব ওই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসুম্না বৈষ্ণব ওইরবা মীশিংহুনা মখুন্ মখুন্দা চৎলগা খুনজাশিংহুবু বৈষ্ণব ওইহল্লী। অতোপ্পা খুনজা লাকুনা মখোয়বু উরগস্সু বৈষ্ণব ওইখি।

মূল ১০৪

সেই যাই আর গ্রামে করে উপদেশ।

এইমত বৈষ্ণব হৈল সব দক্ষিণ দেশ॥ ১০৪॥

শব্দার্থ

সেই—মহাকমক্লা ; যাই—চৎতুনা ; আর—অতোপ্পা : গ্রামে—খুন্দা ; করে—পী ; উপদেশ—পাউতাক ; এইমত—মতৌ অসুম্না ; বৈষ্ণব হৈল —বৈষ্ণব ওইখি ; সব—পুম্নমক ; দক্ষিণদেশ - খা ভারত।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কুমক্লা অতোপ্পা খুন্দা চৎতুনা বৈষ্ণবধর্ম্মগী মরমদা পাউতাক পীখি। মতৌ অসুম তৌবনা খা-ভারত পুম্না বৈষ্ণব ওইখি।

মূল ১০৫

এইমত পথে যাইতে শত শত জন।

বৈষ্ণব করেন তারে করি আলিঙ্গন॥ ১০৫॥

শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না ; পথে—লম্বীদা ; যাইতে—চৎপদা ; শত-শত

—চামা চামা ; জন—মীবু ; বৈষ্ণব করেন—বৈষ্ণব ওইহন্‌খি ; তারে—মহাকপু ; করি আলিঙ্গন—( প্রভুনা ) কোন্‌বিদুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না প্রভুনা লম্বীদা লেঙলম্মী, অদুগা মী চামা চাম্না লাক্লুনা প্রভুবু দর্শন তৌখি ; প্রভুনা ( মী খুদিংবু ) আলিঙ্গন তৌবিরগা ( শক্তি সঞ্চার তৌশন্দুনা ) বৈষ্ণব ওইহন্‌খি ।

মূল ১০৬

যেই গ্রামে রহি ভিক্ষা করেন যার ঘরে ।

সেই গ্রামের যতলোক আইসে দেখিবারে ॥ ১০৬ ॥

শব্দার্থ

যেই গ্রামে—খুঙ্গং অদুদা ; রহি—লৈদুনা ; ভিক্ষা করেন—প্রসাদ খুল্লী ; যার—কনাগুম্বগী ; ঘরে—য়ুমদা ; সেই গ্রামের—খুল অদুগী ; যত লোক—মীখিবিক্তো ; আইসে—লাক্‌য়ি ; দেখিবারে—দর্শন তৌবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা ভিক্ষা ফংলম্বা য়ুমগী খুন্‌ অদুদা লৈরম্বা মী পুম্নমক প্রভুবু দর্শন তৌবা লাক্‌খি ।

মূল ১০৭

প্রভুর কৃপায় হয় মহাভাগবত ।

সে সব আচার্য্য হইয়া তারিল জগত ॥ ১০৭ ॥

শব্দার্থ

প্রভুর কৃপায়—প্রভুগী কৃপানা ; হয়—ওই ; মহাভাগবত—মহাভক্ত ; সে সব—মখোয় লোইনমক্লুনা ; আচার্য্য—গুরু নত্রগা উপদেষ্টা (পাউতাক পীবা মী) ; হইয়া—ওইদুনা ; তারিল—লান্‌বিখি ; জগত—জগৎপু ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুবু দর্শন তৌগদবগী লাক্লম্বা খুনজাশিংদো প্রভুগী কৃপাদগী মহাভক্ত ওইখি । মখোয় পুম্নমক অদুনা আচার্য্য (গুরু) ওইদুনা জগৎপু লান্‌বিখি ।

মূল ১০৮

এইমত কৈলা যাবৎ গেলা সেতুবন্ধে।
সর্ব্বদেশ বৈষ্ণব হৈলা প্রভুর সম্বন্ধে ॥ ১০৮ ॥

শব্দার্থ

এইমত— মতৌ অসুম্না ; কৈলা—তৌখি ; যাবৎ মতমফাওবা ; গেলা— চংলম্মী ; সেতুবন্ধে—সেতুবন্ধদা ; সর্ব্বদেশ—দেশ পুম্নমক ; বৈষ্ণব হৈলা— বৈষ্ণব ওইখি ; প্রভুর— প্রভুগী ; সম্বন্ধে— মরমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না প্রভুনা সেতুবন্ধ তাম্না লেংলম্মী। প্রভুগা থেংনবদগী দেশ পুম্না বৈষ্ণব ওইখি।

মূল ১০৯

নবদ্বীপে যে শক্তি না কৈল প্রকাশে।
সে শক্তি প্রকাশি নিস্তারিল দক্ষিণ দেশে ॥ ১০৯ ॥

শব্দার্থ

নবদ্বীপে— নবদ্বীপ-দা ; যে শক্তি— শক্তি অদু ; না কৈল —তৌখিদে ; প্রকাশে— ফোঙদোকপা ; সে শক্তি—শক্তিদু ; প্রকাশি— ফোঙদোকুনা ; নিস্তারিল— লান্‌বিখি ; দক্ষিণ-দেশে— খা ভারত।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নবদ্বীপ-দা উৎখিদবা শক্তিদো উৎলগা দক্ষিণদেশ লান্‌বিখি।

মূল ১১০

প্রভুরে যে ভজে—তারে তাঁর কৃপা হয়।
সেই-সে এ সব লীলা সত্য করি লয় ॥ ১১০ ॥

শব্দার্থ

প্রভুরে— প্রভুবু ; যে—কনাগুম্বা মহাক্না ; ভজে— নীঙজে ; তারে— মঙোন্দা ; তাঁর—মহাক্কী (প্রভুগী) ; কৃপা হয়—কৃপা ওই ; সেই সে— মহাতুম্না ; এ সব লীলা—লীলা পুম্নসি ; সত্য করি—অচুম্বনী হায়না ; লয়—লৌরি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুবু ভজন তৌবা মীহুবু প্রভুনা কৃপা তৌবি ; মহাক্তুদনা প্রভুগী লীলা পূম্বসী অওইবনী হায়না লৌয়ি।

## মূল ১১১

অলৌকিক লীলাতে যার না জন্মে বিশ্বাস।

ইহলোক পরলোক তার হয় নাশ ॥ ১১১ ॥

### শব্দার্থ

অলৌকিক— মীওইবনা ঙমদবা ; লীলাতে—থৌদৌসিদা ; যার—মহাক্কী ; না জন্মে— পোক্তে ; বিশ্বাস—থাজবা ; ইহলোক—হন্দক্কী মপোক ; পরলোক — হয়েংমুক্কী মপোক ; তার—মহাক্কী ; হয় - ওই ; নাশ—মাঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী মীওইবনা-ঙমদবা থৌদৌশিংসিব থাজদবা মী অদুগীদি হন্দক্কী অমসুং হয়েংমুক্কী মপোক অনীমক মাঙজরগনী।

## মূল ১১২

প্রথমে কহিল প্রভুর যেরূপে গমন।

এইমত জানিহ যাবৎ দক্ষিণ ভ্রমণ ॥ ১১২ ॥

### শব্দার্থ

প্রথমে—অহান্‌বদা ; কহিল—লীজরে ; প্রভুর—প্রভুনা ; যেরূপে—করম্বা মওংদা ; গমন—চৎপা ; এইমত—মতৌ অম্মুন্না ; জানিহ—খঙবিয়ু ; যাবৎ—ফাওবা ; দক্ষিণ ভ্রমণ—দক্ষিণ-কোয়বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহান্‌বদা প্রভুনা করম্বা মওংদা লেঙলম্বহৈ লীজগে। মতৌ অম্মুন্না দক্ষিণ-কোয়বা ফাওবগী রা খঙজন্‌বিয়ু।

## মূল ১১৩

এইমত যাইতে যাইতে গেলা কূর্ম্মস্থানে।

কূর্ম্ম দেখি তাঁরে কৈলা স্তবন-প্রণামে ॥ ১১৩ ॥

### শব্দার্থ

এইমত মতৌ অসুম্না ; যাইতে যাইতে—চৎল-চৎলগা ; গেলা—চৎখি ; কূর্ম্মস্থানে - কূর্ম্মক্ষেত্রদা ; কূর্ম্ম—থেঙ্গু অবতারগী শ্রীবিগ্রহমূর্ত্তি ; দেখি—দর্শন তৌরগা : তাঁরে—মঙোন্দা ; কৈলা তৌখি ; স্তবন প্রণামে—স্তব অমসুং প্রণাম ( খূরুম্বা )।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না লেঙবদুনা প্রভু কূর্ম্মক্ষেত্রদা য়ৌখি। কূর্ম্মগী শ্রীবিগ্রহ দর্শনে তৌরগা স্তব তৌরম্মী অমসুং খুরুম্নখী।

### নৈনরোল

কূর্ম্মস্থানে—কূর্ম্মক্ষেত্রদা। মফমসী হৌজিক্কি শ্রীকূর্ম্মম্ কৌরে ; মসি গঞ্জাম জিলাদা লৈ। মফমসিদা ভগবান্গী কূর্ম্ম ( থেঙ্গু ) অবতারগী মন্দির লৈ।

### মূল ১১৪

প্রেমাবেশে হাসি কান্দি নৃত্যগীত কৈলা।
দেখি সর্ব্বলোকের চিত্তে চমৎকার হৈলা ॥ ১১৪ ॥

### শব্দার্থ

প্রেমাবেশে—কৃষ্ণপ্রেমগী আবেশদা ; হাসি নোকুনা ; কান্দি—কপ্পুনা ; নৃত্যগীত—জগোই অমসুং ঈশৈ ; কৈলা—তৌরম্মী ; দেখি—উরগা ; সর্ব্বলোকের—মী পুম্নমক্কী ; চিত্তে—পুক্নীঙদা ; চমৎকার—ঙকপা ; হৈলা—ওইখি।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেমাবেশদা প্রভুনা নোকয়ি, কপ্পী, জগোই শাই, ঈশৈ-শকয়ি। মদু উবদা মী পুম্নমক্কী পুক্নীঙদা ঙকখি।

### মূল ১১৫

আশ্চর্য্য শুনি সবলোক আইলা দেখিবারে।
প্রভুর রূপ-প্রেম দেখি হৈল চমৎকারে ॥ ১১৫ ॥

শব্দার্থ

আশ্চর্য্য—অঙকপহু ; শুনি—তাদুনা ; সবলোক—মী পুম্নমক ; আইলা—লাকখি ; দেখিবারে—য়েংবা ; প্রভুর—প্রভুগী ; রূপ-প্রেম—শক অমস্থুং কৃষ্ণপ্রেম ; দেখি—উবদা ; হৈল—ওইখি ; চমৎকারে—ঙকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অঙকপহু মনাকোঙনা তারদুনা মী পুম্নমক য়েংবা লাকখি। প্রভুগী শক অমস্থুং কৃষ্ণপ্রেম অহু উবদা ঙকখি।

মূল ১১৬

দর্শনে বৈষ্ণব হৈলা—বোলে 'কৃষ্ণ-হরি'।

প্রেমাবেশে নাচে লোক উর্দ্ধবাহু করি॥ ১১৬॥

শব্দার্থ

দর্শনে—( প্রভুবু ) উবদা : বৈষ্ণব হৈলা—বৈষ্ণব ওইখি ; বোলে—শোন্নখি ; কৃষ্ণ হরি—কৃষ্ণ হরি ; প্রেমাবেশে—প্রেমাবেশদা ; নাচে—জগোই শাই ; লোক—মীয়ামদো ; উর্দ্ধবাহু করি—পাম্বোম রাংনা থাঙ্গৎতুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী প্রেমাবেশ উবদা ( মীশিংদো ) বৈষ্ণব ওইখি অদুগা কৃষ্ণ-হরি হায়না শোনখি। মীয়ামদো প্রেমাবেশদা পাম্বোম রাংনা থাঙ্গৎলগা জগোই শাখি।

মূল ১১৭

কৃষ্ণনাম লোকমুখে শুনি অবিরাম।

সেই লোক বৈষ্ণব কৈল অন্য সব গ্রাম॥ ১১৭॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণগী মিং ; লোকমুখে—মীগী চীন্দা ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; অবিরাম—অতৎ-অথম-নাইদবমখৈ ; সেই লোক—মীশিংদুনা ; বৈষ্ণব কৈল—বৈষ্ণব ওইহনখি ; অন্যগ্রাম—অতোপ্পা খুনবু।

মূল ১২৩

অনেক প্রকার স্নেহে ভিক্ষা করাইল।

গোসাঞির শেষান্ন সবংশে খাইল ॥ ১২৩ ॥

শব্দার্থ

অনেকপ্রকার— মখল ময়ামগী ; স্নেহে—নুংশিবগী লোয়নন। ; ভিক্ষা করাইল—প্রসাদ খুল্‌হন্‌খি ; গোসাঞির—প্রভুগী ; শেষ-অন্ন— অরেম্বা চাক ; সবংশে— বংশগা লোয়নন। ; খাইল— চাখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণ কূর্ম্মনা য়াম্না নুংশিনা অমসুং লুনা তৌদুনা প্রভুবু লুক খুল্‌হন্‌খি। প্রভুগী অরেম্‌-থাক্ অদুনা ব্রাহ্মণ কূর্ম্মনা বংশগা লোয়নন। খূন্‌খি।

মূল ১২৪

যেই পাদপদ্ম তোমার ব্রহ্মা ধ্যান করে।

সেই পাদপদ্ম সাক্ষাৎ আইল মোর ঘরে ॥ ১২৪ ॥

শব্দার্থ

যেই পাদপদ্ম—খোঙথম্বাল অদু ; তোমার— নহাক্কী ; ব্রহ্মা— ব্রহ্মানা ; ধ্যান করে— ধ্যান তৌয়ি ; সেই পাদপদ্ম—খোঙ-থম্বাল অদুনা ; সাক্ষাৎ —শংশংনা ; আইল—লাক্লে ; মোর—ঐগী ; ঘরে—য়ুমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ব্রাহ্মণ কূর্ম্মনা হায়রম্মী )—"ব্রহ্মানা ধ্যান তৌরিবা নখোঙ-থম্বাল অদুমক্তা ঐগী য়ুমদা শংশংনা লেঙবিরক্লে।"

মূল ১২৫

আমার ভাগ্যের সীমা না যায় কথন।

আজি মোর শ্লাঘ্য হৈল জন্ম কুল ধন ॥ ১২৫ ॥

শব্দার্থ

আমার—ঐগী ; ভাগ্যের—লাইবক্কী ; সীমা—ভমখৈ ; না যায়—য়াদে ; কথন—হায়রবা ; আজি—ঙসি ; মোর—ঐগী ; শ্লাঘ্য—থাগৎনঙাই, মহৈ-য়ান্‌বা (ধন্য) ; হৈল—ওইরে ; জন্ম—ইপোক ; কুল—শাগৈ ; ধন—লন্‌।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(কূর্ম্মনা মথা হায়থরম্মী)—ঐগী লাইরক ফনগী ঙমখৈদি হায়বা ঙম্বা-পোং নত্তে। ঙসিদি ঐগী ইপোক, শাগৈ, চল্ পুন্নমক মহৈ য়াল্লে।

মূল ১২৬

কৃপা কর মোরে প্রভু যাই তোমার সঙ্গে।

সহিতে না পারি দুঃখ বিষয়-তরঙ্গে ॥ ১২৬ ॥

শব্দার্থ

কৃপা কর—কৃপা তৌবিয়ু; মোরে—ঐবু; প্রভু—হে ইবুংঙো; যাই—চৎকে; তোমার সঙ্গে—নঙগা লোয়ননা; সহিতে—খাঙবা; না পারি—ঙমদে; দুঃখ—অরাবা, বিষয় তরঙ্গে—সংসারগী (য়ুম্বান্‌বগী) ঈথকমুংদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে প্রভু! ঐবু চান্‌বিয়ু; ঐহাক নঙগা লোয়ননা চৎকে। সংসার-বিষয়গী ঈথক অসিদা ফংলিবা অরাবসী ঐহাক খাঙবা ঙমদরে।

মূল ১২৭

প্রভু কহে ঐছে বাত কভু না কহিবা।

গৃহে বসি কৃষ্ণ নাম নিরন্তর লৈবা ॥ ১২৭ ॥

শব্দার্থ

প্রভু—প্রভুনা; কহে—হায়; ঐছে—অদুগুম্বা; বাত—ৱা; কভু—কদোৗঙৈদা; না কহিবা—ঙাঙগনু; গৃহে—য়ুমদা; বসি—ফমদুনা; কৃষ্ণ-নাম—কৃষ্ণগী মিং; নিরন্তর—মতম পুম্বদা, তত্তনা; লৈবা—লৌ, শোল্লো।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—"অদুগুম্বা ৱা (লোইনমক থাদোক্লগা ঐগা লোয়ননা চৎকে হায়বদু) কৈদোৗঙৈদসু হায়গনু। য়ুমদা ফমদুনা মতম পুন্নমক্তা কৃষ্ণনাম শোল্লু।

মূল ১২৮

যারে দেখ তারে কর কৃষ্ণ উপদেশ।

আমার আজ্ঞায় গুরু হৈয়া তার এই দেশ ॥ ১২৮ ॥

## শব্দার্থ :

যারে—কনাগুম্ববু ; দেখ—উরবা ; তারে মঙোন্দা ; কর—তৌ ; কৃষ্ণ উপদেশ—কৃষ্ণ শোন্নবা পাউতাক ; আমার—ঐগী ; আজ্ঞায়—য়াথংনা ; গুরু হৈয়া গুরু ওইদুনা ; তার—ত্রান্বিয় ; এই দেশ লমদম অসি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা হায়রম্মী)—উন-উনবা মীদা কৃষ্ণ শোল্লু হায়না পাউতাক পীয়ু। ঐগী য়াথংনা নহাক গুরু ওইদুনা লমদম অসি ত্রান্বিয়ু।

## মূল ১২৯

কভু না বাধিবে তোমায় বিষয়-তরঙ্গ।
পুনরপি এই ঠাঞি পাবে মোর সঙ্গ॥ ১২৯॥

## শব্দার্থ

কভু—কদৌউঁদসু : না বাধিবে—থিংলোই, বাধা তৌরোই ; তোমায় নঙবু ; বিষয়-তরঙ্গ—য়ুম্বান্বগী ঈথক্লা : পুনরপি—অমুক হন্না ; এই ঠাঞি—মফম অসিদা ; পাবে—ফংগনী ; মোর সঙ্গ—ঐগী সঙ্গ, ঐগা তিন্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা মখা তারম্মী )—বিষয়গী ঈথক্লা নহাকপু কদৌউঁদসু কৃষ্ণ শোন্বদা বাধা পীরোই। অমুক হন্না মফমসিদা ঐগা উনবা ফংগনী।

## নৈনরোল

**কভু না**-নচিংবা—য়ুমদা লৈরগা য়ুম্বান্বগী থবক্তা চিন্থিবনা মতম পুম্বদা কৃষ্ণনাম শোন্বা য়ারোই হায়বগী আশঙ্কাদা প্রভুনা হায়রম্মী—বিষয়-তরঙ্গনা কৰিস্তু তৌরোই ; মরমদুনা অথৎ-অথম লৈতনা নহাক্না কৃষ্ণনাম শোন্বদা বাধা অমতা লাক্লোই, নহাক য়ুমদা লৈয়ু।

## মূল ১৩০

**এইমত যার ঘরে প্রভু করে ভিক্ষা।**
**সেই ঐছে কহে, তারে করায় এই শিক্ষা॥ ১৩০॥**

### শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না , ঘর ঘর— কনাগুম্বগী : ঘরে যুমদা ; প্রভু—প্রভুনা ; করে ভিক্ষা—ভিক্ষা তৌথি : সেই মহাজনা ( যুম্বুহুনা ) ; ঐছে অদুম্না (প্রভুগা চৎকে হাযনা) , কহে হায ; তারে—মডোন্দা ; কহায—তৌহল্লী : এই শিক্ষা—পাওত্তাক অসী ( হায়বদি ১২৭ ১২৮ পয়ারদা হ যবা অতগুম্ব শিক্ষ ) ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না প্রভুনা ভিক্ষা লৌরবা যুমগী যুম্বুহুনা অসূম্না ( হাযবদি প্রভুগা লোয়ননা চৎকে হায়না ) হেক্তা হায়, অদুবু প্রভুনা শিক্ষা অসী ( হায়বদি ১২৭—১২৮ পযারদা য়াওবিবা—যুমদা ফমদুনা কৃষ্ণ শোল্লু অতগা গুক ওইদুনা লমদমদু লানবিযু হাযবসী ) পীরম্মী ।

## মূল ১৩১-১৩২

পথে যাইতে দেবালয়ে রহে যেই গ্রামে ।
যার ঘরে ভিক্ষা করে দুই চারি স্থানে ॥ ১৩১ ॥
কূর্ম্মে যৈছে রীতি, তৈছে কৈল সর্ব্বঠাঞি ।
নীলাচলে পুন যাবৎ না আইলা গোসাঞি ॥ ১৩২ ॥

### শব্দার্থ

পথে লম্বীদা , যাইতে চৎপদা ; দেবালয়ে—লাইশঙদা ; রহে—লৈ , যেই গ্রামে—খুঙ্গ অদুদা , যার ঘরে কনাগুম্বগী যুমদা ; ভিক্ষা করে—প্রসাদ ফঙ্ডী , দুই চারি—অনী মরি : স্থানে—মফমদা ; কূর্ম্মে—কূর্ম্মক্ষেত্রদা ; যৈছে রীতি—তৌখিবা মতৌ ; তৈছে—অদুম্না ; কৈল—তৌখি , সর্ব্ব ঠাঞি—মফম পূম্নমক্তা ; নীলাচল—নীলাচলদা , পুন—হন্না ; যাবৎ—মতমফাওবো , না আইলা—নাক্লমদে ; গোসাঞি— প্রভুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লম্বীদা লেংবদা কবিগুম্বা খুনগীদা দেবালযদা লৈকবদা মফম মরি-মঙাদা কনাগুম্বগী যুমদা ভিক্ষা তৌরুবদা কূর্ম্মক্ষেত্রদা তৌখিবা মতৌ মফম পূম্নমক্তা তৌখি । অসূম্না তৌবসী প্রভুনা নীলাচল-দা অমুক হন্না হল্লক্লিবফাওবনী ।

## নৈনরোল

কূর্ম্মক্ষেত্রদা তৌখিবা হায়বদি প্রভুনা ভিক্ষা তৌরুবা য়ুমগী য়ুম্বুদা শক্তি সঞ্চার তৌশল্লী অতুগা য়ুমদা ফম্নগা কৃষ্ণকীর্ত্তন তৌদুনা কৃষ্ণনামগী উপদেশ তৌ হায়রম্মী।

## মূল ১৩৩

অতএব ইহাঁ কহিল করিয়া বিস্তার।

এইমত জানিবে প্রভুর সর্ব্বত্র ব্যবহার ॥ ১৩৩ ॥

### শব্দার্থ

অতএব—মরমদুনা ; ইহাঁ—মফমসিদা ; কহিল—লীজরে ; করিয়া—তৌদুনা : বিস্তার—শন্দোকপা ; এইমত—মতৌ অসিগুম্না ; জানিবে—খঙঙু ; প্রভুর—প্রভুগী ; সর্ব্বত্র—মফম পুম্নমক্তা ; ব্যবহার—শাজং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমদুনা মফমসিদা খরা শন্দোক্লা লীজরে। মতৌ অসিগুম্না মফম পুম্নমক্তা প্রভুগী মতৌ ওইখি হায়না খঙবিয়ু।

## মূল ১৩৪

এইমত সেই রাত্রি তাহাঁই রহিলা।

স্নান করি প্রভু প্রাতঃকালে ত চলিলা ॥ ১৩৪ ॥

### শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না : সেই রাত্রি—অহিং অদো : তাহাঁই—মফমদুদা ( কূর্ম্ম কৌবা ব্রাহ্মণগী য়ুমদা ) ; রহিলা—লৈখি ; স্নান করি—চাইথরগা ; প্রভু—প্রভুনা ; প্রাতঃকালে—অয়ুক্তা ; চলিলা—লেঙলম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না প্রভু অহিং অদুমা মফমদুদা (কূর্ম্ম কৌবা ব্রাহ্মণগী ময়ুমদা) লেল্লম্মী। অয়ুক্তা স্নান তৌরগা প্রভু লেংখি।

## নৈনরোল

১২৯ পয়ারগা লোয়ননা পয়ার অসিগা অহুম-নী। মরক্তা ১৩০—১৩৩ পয়ারদা মতাও চায় হারদুনা অতৈ রা হায়জনখিবনী।

এইমত—১২৪-১২৯ পয়ারগী উক্তিগুম্বা রারীরাতাই শাহুনা।
তাইঁাই— মক্ষমতুদা হায়বদি কূর্ম্মগী য়ুমদা।

মূল ১৩৫

প্রভু অনুব্রজি কূর্ম্ম বহুদূর গেলা।
প্রভু তারে যত্ন করি ঘরে পাঠাইলা ॥ ১৩৫ ॥

শব্দার্থ

প্রভু অনুব্রজি—প্রভুগী তুং ইন্দুনা ; কূর্ম্ম—কূর্ম্মনা ; বহুদূর—য়াম্না লাপ্না ; গেলা—চৎলম্মী : প্রভু—প্রভুনা ; তারে—মহাকপু ; যত্ন করি—চেক্শন্না হোৎনতুনা ; ঘরে—য়ুমদা ; পাঠাইলা—থাখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কূর্ম্মদো প্রভুগী তুং ইন্দুনা য়াম্না লাপ্না চৎলম্মী। প্রভুনা চেক্শন্না হোৎনতুনা মহাকপু ময়ুমদা থাখি।

মূল ১৩৬

বাসুদেব নাম এক দ্বিজ মহাশয়।
সর্ব্বাঙ্গে গলিতকুষ্ঠ —সেহো কীড়াময় ॥ ১৩৬ ॥

শব্দার্থ

বাসুদেব নাম—বাসুদেব কৌবা ; এক—অমা ; দ্বিজ—ব্রাহ্মণ ; মহাশয়—পূকচেল-চাওবা ; সর্ব্বাঙ্গে—মছা পুম্বা ; গলিতকুষ্ঠ—কুষ্ঠীনা পৎলম্লে ; সেহো—মহুস্থ ; কীড়াময়—হৃণ্গী হৃণ্-ঙাক্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বাসুদেব কৌবা পূকচেল-চাওবা ব্রাহ্মণ অমা লৈরম্মী। মাগী মছা পুম্বা কুষ্ঠীনা পৎলম্লে, অদুস্থ হৃণ্গী হৃণ্ ঙাক্তা চঙলম্মী।

মূল ১৩৭

অঙ্গ হৈতে যেই কীড়া খসিয়া পড়য়।
উঠাইয়া সেই ক্রীড়া রাখে সেই ঠাঁয় ॥ ১৩৭ ॥

### শব্দার্থ

অঙ্গ হৈতে—হকচাঙদগী ; যেই কীড়া—হৃণ অহু ; খসিয়া—মান্থহুনা ; পড়য়—তাই ; উঠাইয়া—লৌখৎতুনা ; সেই কীড়া—হৃণ অহু ; রাখে—থম্মী ; সেই ঠাঁয়—ফাম্নগী মফমহুদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হকচাঙদগী মান্থহুনা তারবা হৃণ অহু লৌখৎলগা ফাম্নগী মফমহুদা অমুক হাপ্লম্মী।

### চৈতন্যচরিত

লৈপাক্না তারবা হৃণশিংবু বাসুদেবনা লৌখৎ-লৌখৎলগা অনাবা মফম মফমদা হাপ্চল্লম্মীবসিনা তাক্পদি মহাক মহাক্কী হকচাঙগীদমক খোশারমদে। তশেংবমক্তি শ্রীভগবান্দা মপুংফানা মহাবু কৎথোক্লবা মীদি মহাক্কী হকচাঙগী নুংঙাই-নুংঙাইতবগী রখল মচেং অনাফাওবা তৌদে ; দেহগী নুংঙাইবা অমদি নুংঙাইতবনসু মঙোন্দা শোক্পা ঙমদে।

### মূল ১৩৮

রাত্রিতে শুনিলা তেঁহো গোসাঞির আগমন।
দেখিতে আইলা প্রাতে কূর্ম্মের ভবন॥ ১৩৮॥

### শব্দার্থ

রাত্রিতে—অহিংদা ; শুনিলা—মাকোঙনা তারম্মী ; তেঁহো—মহাক্না (বাসুদেবনা) ; গোসাঞির—প্রভুনা ; আগমন—লেঙলকপা ; দেখিতে—দর্শন তৌবা ; আইলা—লাক্খি ; প্রাতে—অয়ুক্তা ; কূর্ম্মের—ব্রাহ্মণ-কূর্ম্মগী ; ভবন—য়ুমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহিংদা মহাক্না ( বাসুদেবনা ) প্রভুনা লেঙলকপগী ৱাত্থ মনাকোঙনা তাখি। নোংঙাল্লগা অয়ুক্তা প্রভুবু দর্শন তৌননবা কূর্ম্মগী ময়ুমদা লাক্খি।

### মূল ১৩৯

প্রভুর গমন কূর্ম্ম-মুখেতে শুনিয়া।
ভূমিতে পড়িলা দুঃখে মূর্চ্ছিত হইয়া॥ ১৩৯॥

### শব্দার্থ

প্রভুর গমন—প্রভুনা লেঙখিবা ; কূর্ম্ম-মুখেতে—কূর্ম্মগী মচীন্দগী ; শুনিয়া—তারগা ; ভূমিতে—লৈপাক্তা ; পড়িলা—তুখি ; দুঃখে—থরাই নুংঙাইতদুনা ; মূর্চ্ছিত হইয়া—রাম্বদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কূর্ম্মগী মচীন্দগী প্রভু লেঙখিবগী রাদু তারগা থরাই নুংঙাইতবনা রাম্বদুনা লৈমায়গক্তা বাসুদেব হাইথরম্মী।

### মূল ১৪০

অনেক প্রকারে বিলাপ করিতে লাগিলা।

সেইক্ষণে আসি প্রভু তাঁরে আলিঙ্গিলা॥ ১৪০॥

### শব্দার্থ

অনেক প্রকারে—মওং মওং য়াম্না ; বিলাপ—তেংথাবা ; করিতে—তৌবা ; লাগিলা—হৌখি ; সেই ক্ষণ—খূদক অদুদা ; আসি—লেঙলক্লুনা ; প্রভু—প্রভুনা ; তাঁরে—মাবু ( বাসুদেববু ) ; আলিঙ্গিলা—কোন্‌বিখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বাসুদেব মওং মওং য়াম্না তেংথাজখি ; মতম অদুমক্তদা প্রভুনা লেঙলক্লগা মহাকপু কোন্‌বিখি।

### নৈনরোল

বিলাপ—প্রভুগী দর্শন ফংহৌদবগী রাবনা লৈফম খঙদদুনা বিলাপ তৌখিবনী ; মাগী কুষ্ঠী থুংবদু ফননবগীদমক রারম্বা নত্তে। ( রাসী তুংদা লাক্‌পা ১৪৬ পয়ারদগী তশেংনা খঙগনী )।

সেইক্ষণে—বাসুদেবনা বিলাপ তৌরিঙৈ মতমদুমক্তদা প্রভু ফোঙফাওরক্‌খি অদুগা মাবু কোল্লম্মী।

হৌজিক হংবা য়ারে—প্রভুদি হান্ননা লেঙথরবনী ; কদায়দগী হৌজিক থোরক্লুনা বাসুদেববু কোল্লক্লিবনো ? পাউথুম—মফম অতোপ্পা অমদগী লেঙলক্‌থিবা নত্তে ; মহাক্তি স্বয়ং ভগবান্নী, মরমদুনা মহাক বিভুনী, মতম

পূম্বদা মহাক মফমপূম্বদা লৈ ; প্রভুবু উনীংবতু কন্‌মন্‌খিহ্নুনা মত্তবু উবদগী ভক্তবৎসল প্রভুনা তুমিন্না লৈথোক্‌পা ঙম্‌দহ্নুনা থোক্‌কৃখিবনী ( আবিভূ্‌ত ওইখিবনী )।

মূল ১৪১

প্রভুর স্পর্শে দুঃখ-সঙ্গে কুষ্ঠ দূরে গেল।

আনন্দসহিতে অঙ্গ সুন্দর হৈল ॥ ১৪১ ॥

শব্দার্থ

প্রভুর স্পর্শে - প্রভুনা শোক্‌পহুদা : দুঃখ-সঙ্গে -- চৈনগা লোয়ননা : কুষ্ঠ - লাইথুঙ ; দূরে - লাপ্পা ; গেল — চংখ্রে ; আনন্দ সহিতে - নুংঙাইবগা লোয়ননা ; অঙ্গ — হকচাঙ ; সুন্দর — ফজবা : হইল — ওইরকৃখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা শোক্‌পহুনা বাসুদেবগী কুষ্ঠগী চৈনাখোলসু চংখরে অহুগা কুষ্ঠ-রোগসু কোক্‌খরে। মাগী হকচাঙতু আনন্দগা লোয়ননা অমূক ফজরমে।

মূল ১৪২

প্রভুর কৃপা দেখি তার বিস্ময় হৈল মন।

শ্লোক পড়ি পায়ে ধরি করয়ে স্তবন ॥ ১৪২ ॥

শব্দার্থ

প্রভুর — প্রভুগী ; কৃপা দেখি -- চান্‌বিবহু উবদা ; তার — মহাক্কী (বাসুদেবগী) : বিস্ময় - ঙকপা ; হৈল — ওইখি ; মন — পুক্কীঙ ; শ্লোক পড়ি — শ্লোক থীহ্নুনা ; পায়ে — খোঙদা ; ধরি — পায়হ্নুনা ; করয়ে — তৌয়ি ; স্তবন — স্তব।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী কৃপা উবদা মহাক্কী পুক্কীঙদা ঙকৃখি। ( ভাগবত-কী ) শ্লোক থীরগা প্রভুগী খোঙ পায়হ্নুনা স্তব তৌখি ( বাসুদেবনা )।

মূল ১৪৩

ক্বাহং দরিদ্রঃ পাপীয়াং ক কৃষ্ণঃ শ্রীনিকেতনঃ।

ব্রহ্মবন্ধুরিতি স্মাহং বাহুভ্যাং পরিরম্ভিতঃ ॥ ১৪৩ ॥

### শব্দার্থ

ক—কদায় ; অহং—ঐ ; দরিদ্রঃ—লৈরেতবা ; পাপীয়ান্—পাপী ; ক—কদায় ; কৃষ্ণঃ—কৃষ্ণদি ; শ্রীনিকেতনঃ—ঐশ্বর্য্য পূম্বগী মহুম্নী ; ব্রহ্মবন্ধুঃ—ব্রাহ্মণগী ইমুঙদা পোকপা, ব্রাহ্মণ কৌবদদি মতীকচাদবা মীতা ; ইতি—অস্নুম্না ; স্ম—লেপ্পমক্কী ; অহং—ঐ ; বাহুভ্যাম্—পাম্বোম অনীনা ; পরিরম্ভিতঃ—কোন্‌বিবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বাসুদেবনা হায়রম্মী—কদায়, ঐদি লৈরেতবা পাপী অমনী অহুগা ব্রহ্মবন্ধুনী ; কদায়, অমরোমদনা মপুঙ ফাবা ললুগী মপু ওইবা কৃষ্ণনী। অহুগুম্বা মহাক্কী মপাম্বোম অনীনা ঐবু শূপকোন্ কোন্‌শন্‌বিরে।

### নৈনরোল

শ্লোক অসী সুদামা ব্রাহ্মণনা হায়খিবা অহুনী ; মসী শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগী লৌথোক্‌পনী ( ১০/৮১/১৬ )।

## মূল ১৪৪-১৪৫

বহু স্তুতি করি কহে—শুন দয়াময়।
জীবে এই গুণ নাহি তোমাতেই হয় ॥ ১৪৪ ॥
মোরে দেখি মোর গন্ধে পলায় পামর।
হেন মোরে স্পর্শ তুমি স্বতন্ত্র ঈশ্বর ॥ ১৪৫ ॥

### শব্দার্থ

বহু—য়াম্না ; স্তুতি করি—স্তুতি তৌদুনা ; কহে—হায়রম্মী ; শুন—তাবিয়ু ; দয়াময়—হে চান্‌বীহৈবা ; জীবে—জীবদা ; এইগুণ—গুণ অসী ; নাহি—লৈতে ; তোমাতেই—নঙগোন্দদা ; হয়—ওই ; মোরে—ঐবু ; দেখি—উরগা ; মোর গন্ধে—ঐগী মনম্না ; পলায়—চেল্লী ; পামর—পাপীনা ; হেন—অসিগুম্বা ; মোরে—ঐবু ; স্পর্শ—শোক্‌পা ; তুমি—নঙদি ; স্বতন্ত্র—নীঙতম্বা ; ঈশ্বর—ভগবান্নী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বাসুদেবনা স্তুতি য়াম্না তৌদুনা হায়জরম্মী—হে চান্‌বীহৈবা। নাকোঙনা

তাবিয়ু ; জীবদা অসিগুম্বা গুণ লৈতে, মসিদি মহাক্কীদদা ওইবনী। ঐবু উরগা ঐগী নম্থীবা মনম্না পাপী ফাওবা হৌদুনা চেল্লী ; অসিগুম্বা ঐবু শোকপা। নঙদি নীঙতম্বা ঈশ্বরনী।

মূল ১৪৬

কিন্তু আছিলাঙ ভাল অধম হইয়া।

এবে অহঙ্কার মোর জন্মিবে আসিয়া ॥ ১৪৬ ॥

শব্দার্থ

কিন্তু—তৌইগুম্বসুং ; আছিলাঙ—লৈজরম্মী ; ভাল—ফনা ; অধম—অতোনবা ; হইয়া—ওইদুনা ; এবে—হৌজিক্তি ; অহঙ্কার—নাপল ; মোর—ঐগী ; জন্মিবে—পোক্কনী ; আসিয়া—লাক্লুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খ্বাইদগী অতোনবা মীতা ওইবনা হেন্না ফরম্বনী। হৌজিক্তি ঐগী নাপল অমূক পোক্লগনী।

তৈনরোল

অনাবস্থ ফরে, হকুচাঙস্থ য়েংবদা ফজরে, অদুনা শক্কী নাপল অমা লাক্লগনী ; শক্কী নাপল লাক্লবদি ভজনগী বিঘ্ন ওইরগনী খন্দুনা বাসুদেবনা চিংনরম্মী।

মূল ১৪৭

প্রভু কহে—কভু তোমার না হবে অভিমান।

নিরন্তর কহ তুমি কৃষ্ণ কৃষ্ণ নাম ॥ ১৪৭ ॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; কভু—কদৌঙৈদস্থ ; তোমার নঙগী ; না হবে—ওইরোই ; অভিমান—নাপল ; নিরন্তর—তত্তনা ; কহ—শোল্লু ; তুমি—নহাক ; কৃষ্ণ কৃষ্ণ নাম—কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়বা মিংলেন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—নহাক্কী কদৌঙৈদস্থ হকচাঙগীদমক নাপল থোরক্লোই। ইতত্তনা নহাক কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়বা মিংলেন অসী শোল্লু।

## মৈথৈরোল

কৃষ্ণ নাম তত্তনা শোল্লবদি হকচাঙ ফরে হায়বগী নাপল অহ্ কদৌডৈ-দস্ থোরক্লোই হায়না বাসুদেবদা প্রভুনা হায়রম্বনী।

নত্রগা— প্রভুনা হায়রম্মী— "ঐগী কৃপানা হক্‌চাঙগীদমক নঙগী নাপল পোক্লোই ; নঙ মতমপুম্বদা কৃষ্ণনাম শোল্লো।"

নত্রগা— প্রভুনা হায়রম্মী— "নঙদি মতম পুম্বদা কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়তুনা নাম শোল্লী মরমতুনা নঙগী দেহগী নাপল কদৌডৈদস্ পোক্লোই।"

### মূল ১৪৮

কৃষ্ণ উপদেশি কর জীবের নিস্তার।

অচিরাতে কৃষ্ণ তোমা করিবেন অঙ্গীকার ॥ ১৪৮ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণ উপদেশি— কৃষ্ণ নাম শোন্‌বগী রা তাক্‌পীতুনা ; কর— তৌও ; জীবের নিস্তার— জীবব্ লান্‌বিবা ; অচিরাতে— থুনমক ; কৃষ্ণ— কৃষ্ণনা ; তোমা— নহাকপু ; করিবেন— তৌগনী ; অঙ্গীকার— লৌশন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা হায়রম্মী)— কৃষ্ণনাম শোন্‌বগী রা তাক্‌পীতুনা জীবব্ লান্‌বিয় ; অদু ওইরদি থুনমক কৃষ্ণনা নঙবু মাগী ওইনা লৌশন্‌বিগনী।

### মূল ১৪৯

এতেক কহিয়া প্রভু কৈলা অন্তর্দ্ধানে।

দুই বিপ্রে গলাগলি কান্দে প্রভুর গুণে ॥ ১৪৯ ॥

### শব্দার্থ

এতেক— অসিগুম্ব ; কহিয়া— হায়রগা ; প্রভু— প্রভু ; কৈলা— তৌখি ; অন্তর্দ্ধানে— থুপ্পা ; দুই বিপ্রে— ব্রাহ্মণ অনীতুনা ; গলাগলি— কোম্নরগা ; কান্দে— কপ্পী ; প্রভুর— প্রভুগী ; গুণে— ময়াইনা, কৃপানা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিথক হায়রগা প্রভু থুপ্‌খি। অদুগা ব্রাহ্মণ অনীহুনা ( কুর্মগা বাসুদেবগা ) কোন্নরগা প্রভুগী কৃপানা কপ্‌শিন্নরম্মী।

মূল ১৫০

বাসুদেব উদ্ধার এই কহিল আখ্যান।
'বাসুদেবামৃতপদ' হৈল প্রভুর নাম ॥ ১৫০ ॥

## শব্দার্থ

বাসুদেব-উদ্ধার – বাসুদেব-হান্‌দোকপা : এই – অসি ; কহিল – লীজরে ; আখ্যান—ৱারী ; বাসুদেবামৃতপদ—বাসুদেব কৌবা ব্রাহ্মণগী মরীদা অমৃতগা মান্নরবা খোঙনা মাগী ওইবা মহাক ; হৈল – ওইখি ; প্রভুর নাম —প্রভুগী মিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বাসুদেব-উদ্ধার হায়বা ৱারী অসী লীজরে। প্রভুগী মিং অমনা বাসুদেবামৃতপদ ওইখরে।

## নৈনরোল

**বাসুদেবামৃতপদ**—অমৃতনা লাইথুঙ ( রোগ ) পূন্নমক কোক্‌হনব-গুম্না শ্রীচৈতন্যগী চরণ অদুনা বাসুদেবগী লাইথুঙ কোক্‌হল্লে, মরমদুনা শ্রীচৈতন্যদেবগী মিং অমা বাসুদেবামৃতপদ ওইখি।

**বাসুদেবামৃতপ্রদ**—হায়বা অতোপ্পা পাঠ অমসু লৈবা উই। অর্থ – বাসুদেব কৌবা ব্রাহ্মণদা ( লাইথুঙ কোক্লবগীদমক ) অমৃত প্রদান ( পীবা ) তৌবা মহাক। মত্রগা, অমৃত পদনা মৃত মত্রগা মৃত্যু লৈতবা স্বয়ং ভগবানবু খঙহল্লী ; মত্রগা **অচিরাতে কৃষ্ণ তোমা করিবেন অঙ্গীকার** বাক্যদা প্রভুনা বাসুদেবগী কৃষ্ণ ফংবা হায়বদু শোয়দনমক ওইহন্‌বিরে, হায়রুনসু মহাকপু বাসুদেবামৃতপ্রদ (বাসুদেবদা অমৃতরসময় শ্রীকৃষ্ণ হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ-সেবা পীনবিখিবা মহাক) হায়না কৌবা য়াই।

মূল ১৫১

এই ত কহিল প্রভুর প্রথম গমন।
কূর্ম্ম দরশন বাসুদেব-বিমোচন ॥ ১৫১ ॥

## শব্দার্থ

এই ত—অসী ; কহিল—লীরে ; প্রভুর—প্রভুগী ; প্রথম—অহানবা ; গমন—খোঙচৎ ; কূর্ম্ম দরশন—কূর্ম্মঅবতারগী শ্রীমূর্ত্তি দর্শন ; বাসুদেব-বিমোচন—বাসুদেব কৌবা ব্রাহ্মণবু লাইথুঙদগী মুক্তি পীবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কূর্ম্ম অবতারগী শ্রীমূর্ত্তি দর্শন অমসুং বাসুদেবগী লাইথুঙ কোক্পীবা হায়বা প্রভুগী অহানবা খোঙচৎ অতুগী ৱাতু লীজরবসিনী ।

## মূল ১৫২

শ্রদ্ধা করি করে যেই এ লীলা শ্রবণ ।
অচিরাতে মিলে তারে চৈতন্যচরণ ॥ ১৫২ ॥

## শব্দার্থ

শ্রদ্ধা—থাজবা ; করি—তৌতুনা ; করে—তৌয়ি ; যেই—কনাগুম্বনা ; এ লীলা—লীলাসী ; শ্রবণ—নাকোঙনা তাবা ; অচিরাতে—থুনমক ; মিলে—ফঙভী ; তারে—মহাকপু ; চৈতন্য-চরণ—চৈতন্যগী খোঙনা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বনা থাজবগা লোয়ননা লীলাসী নাকোঙনা তারবা মহাকপু শ্রীচৈতন্যগী চরণা ফংঙী ( হায়বদি চৈতন্য-চরণ অদু মহাক্না ফংগনী ) ।

## মূল ১৫৩

চৈতন্যলীলার আদি-অন্ত নাহি জানি ।
সেই লিখি—যেই মহান্তের মুখে শুনি ॥ ১৫৩ ॥

## শব্দার্থ

চৈতন্য লীলার—চৈতন্য-লীলাগী ; আদি-অন্ত—মকোক মমৈ ; নাহি জানি—খঙদে ; সেই—মদু ; লিখি—ইরি ; যেই—মদু ; মহান্তের—মহান্তগী ; মুখে—চীন্দা ; শুনি—নাকোঙনা তায় ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যনা তৌরম্বা লীলাগী মকোক মমৈদু ঐদি খঙদে ; মহা-পুরুষশিংগী মচীন্দগী ঐগী নাকোঙনা তাজবা অদুদমক ইজবনী ।

## মূল ১৫৪

ইথে অপরাধ মোর না লইহ ভক্তগণ।
তোমা সভাঁর চরণ মোর একান্ত শরণ ॥ ১৫৪ ॥

### শব্দার্থ

ইথে—মসীদা ; অপরাধ—দোষ ; মোর—ঐগী ; না লইহ—লৌবিগনু ; ভক্তগণ—হে ভক্তপূম্বা ; তোমা-সভার—নখোয় পুম্বগী ; চরণ—খোঙচুনা ; মোর—ঐগী ; একান্ত—অমতা ঙায়বা ; শরণ—চঙজফম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ওহে ভক্তশিংপূম্বা ! মতাঙসীদা ঐগী অপরাধ লৌবিগনু। নখোয় পুম্বগী চরণদি ঐগী অমতা-ঙায়বা চঙজফম্মী।

### মৈলনরোল

প্রভুনা হেক কোন্‌বিবগা বাসুদেবগী লোক্-লোক্ লাউরবা কুষ্ঠ (লাই-থুঙ) মাঙখি ; মসী মীনা তৌবা ঙমদবা থৌদৌ অমনী ; মসী ওইথোক-য়াবরা হায়বদু যুক্তি তর্ক তৌদুনা কনাবুম্ভু খঙহন্‌বা য়াবা নত্তে। লৌকিক-নত্তরা শক্তিবু থাজদবা মীতাশিংনদি রারীসিবু থাজরোই। গ্রন্থকর্ত্তানা মাগী লাৎচরিবা দেহ শ্রীমন্‌মহাপ্রভুগী মহিমা হেঙ্গৎহন্নবগীদমক কোল্লগা কুষ্ঠ-রোগ কোক্‌পগী রারীসি শেম্‌জনবনী হায়না কনাগুম্বনা হায়বীবসু য়াই। মসুম্না চিংনবদগী গ্রন্থকারনা ইরম্বনী, মচুদি—মসী ঐনা শাজনবা নত্তে ; শ্রীপাদ রঘুনাথদাস গোস্বামীগুম্বা মহান্তশিংগী মফমদা তাজখিবা অচু-ঙাক্ ইজবনী ; মখোয়না ওইদবা ঙাঙলম্লোই হায়বসীসু থম্মোই পুম্বা য়াওনা থাজজৈ।

## মূল ১৫৫

শ্রীরূপরঘুনাথ-পদে যার আশ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ১৫৫ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীরূপরঘুনাথপদে—শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথগী খুয়াদা ; যার—

মহাক্কী ; আশ আশা ; চৈতন্যচরিতামৃত -শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ; কহে —লীজে ; কৃষ্ণদাস—কৃষ্ণদাসনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথ দাসকী চরণ-খাদা আশা থমজরিবা কৃষ্ণ-দাস-না চৈতন্যচরিতামৃত লীজৈয়ে হায়বদি লেংজৈয়ে ।

## নৈনরোল

পরিচ্ছেদ অসিদগী থওবদি প্রভুবু মী অমনা দর্শন হেক তৌরগা কৃষ্ণপ্রেম ফংদুনা মেত্তবা-পুকচেল ওইখি, প্রেম-না ঙাওদুনা জগোই-শাই, নাম শোল্লী অদুগা প্রভুনা মঙোন্দা শক্তি হাপ্পনা মহাকপু প্রভুদৌনা প্রেম পীবা ওম্মী । মুণ্ডকোপনিষদ্-নস্ত রাসিমক হায়রম্মী—সদা পশ্যং পশ্যতে রুক্মবর্ণং কর্ত্তারমীশং পুরুষং ব্রহ্মযোনিম্ । তদা বিদ্বান্ পুণ্যপাপে বিধূয় নিরঞ্জনঃ পরমং সামামুপৈতি ॥ ৩/১/৩ ॥

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে মধ্যখণ্ডে দক্ষিণগমনে বাসুদেবোদ্ধারো নাম সপ্তমপরিচ্ছেদঃ ॥



# শীতলজিৎকী লাইব্রীকশিং

উপন্যাস — ইমা, থাদোকপা, রোহিণী, লুংশিল্লাখৈবা।
য়ারী-মচা — লৈকোল্লংদা, লৈমুংশি।
শৈরেং — কেতুকী, বাল্মীকি, ইখৌলা বা, শকুন্তলা,
শৈরাংবা ( ১বা শরক্ )।

অতৈ অতৈ —

১। নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ
২। শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা ( মৈতৈলোন্দা )
৩। শ্রীনরোত্তমদাসকী প্রার্থনা ( মূল অমসুং মৈতৈয়োনগী অনুবাদকা লোয়নবা ) মমল লুপা ২০,
৪। বৈষ্ণবপদাবলীগী শায়োন-শৈথন
৫। Friends' English to Manipuri Dictionary.
৬। Friends' Pocket Dictionary.
( English to Manipuri )
৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (আদিলীলা) খণ্ড অহানবা — লুপা ২০,
৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অনীশুবা — লুপা ১৮,
৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অহুমশুবা — লুপা ১৫,
১০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মরিশুবা — লুপা ৩২,
১১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মঙাশুবা — লুপা ২০
১২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরুকশুবা — লুপা ২৮,
১৩। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরেৎশুবা — লুপা ২৫,
১৪। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড নিপালশুবা — লুপা ২০
১৫। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মাপলশুবা — লুপা ৪০,
১৬। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (মধ্যলীলা) খণ্ড অহানবা — লুপা ২৫,
১৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অনীশুবা — লুপা ৪৮,
১৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অহুমশুবা — লুপা ৪০,
১৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মরিশুবা — লুপা ১০,